নক্তে থোঙ্বালদগী পোরগা পুশিলবিগে। নখোয়বু নপানা খঙনা থাদা ঐগী করি করি থোনবিগ্রবগে, অমুক্তবু নিংশিংউনে।" ভৌববুদি মানা হায়রিবত্ত লান্দ্রে। লৌত্রিখৈদদি সিনেমানা সিনেথা য়েংখিবা। খরচ অ'সনা তৌখিবা পৈশাসি রাইদু মঙাই। হৌজিক য়েংনক্রববাদ থাপ'ত থাপ্পখ্রে। হৌজিক্তি থা লোইরকপদা লুপা অনি ফানা -ফু বংখাওদা তাক্রে। লুপা অ'নিদি লাইগ্রহনা ওলব্ লৌথোক্রবা য়েভিান্উ ষ্টেম্প লৈনবা পৈশা তরা ফাওবা ইচাশিংদগী পুখংলকলে।' হৌজিক্ তৌরবা অশুম্বকা মমা'ঙৈদ তৌরম্ববদি লুপিখিবা খঙবগী রা লৈতে।

নোংমদি শুংখিলগী পুঙ্ অমরোম তাগদৌরে। নোংমাইজিং লুমিংলি। হাপ্তা অমরোম কারকলে ঐনা অয়ুক্তি লুমিদাংগী পুজারি ওইহনা অঙাংশ' শেন্নরকলিবা। মমানা মরিশুবা সারটিফিকেট পীরম্লখা Maternity Leave লোইনা কমু'দা লৈত্রে। থা অহুমশুত্রবদি, খঙ্ক্ ইংখা' নোম্ব রাদে হ য়হনা লৈখ্রে। লুমিং অহ্ ইক্তু ইমান খাঙ্কক্তং লিং-দোকচক্কগে খন্দুনা ওস্তানা অঙাংশংবু পিজ পিথক লোকশিল্লগা হাই-কমাণ্ডদগী পার্মিসন্ অমা লৌজরগা প্রেয়ানা সিনেমা য়েংজি লাকউ হান্নহনা ওরাং রাম্ব লুনা হায়হৌই খন্দুনা চংলমই। হোল য়োৗরগাদি মখোয় লাকলগত্রে। ফন কুহন ডাউরে। সিনেমাস্তু হৌখিজ্ব। ভাইবমথৈ ওাহরে, সিনেথা হৌখ্রে। ঐস্তু য়োন্দা অমা ইনুং শুং-ঙাইজ্রহনা কুমখরকলে। হেক্ কুমখরকপগা মতন্ থেংনরে। ঐনা হৌবহনা প্রেয়াখোয়রোমদা অহুম্ হাইখরে। মখোয়গী মমাংগী লৈমক্ অম্র অমুক্তং কাওরগা মা লৈ লৈতে খঙদোক্তে খন্দুনা ঐথোয় অনি গাম্ভী অথমম্ পোইহনা চংলমই। মখোয়গী মমাং অত্র য়োরগাদ প্রেয়া মমাংবী খরগা কমহনা মখোয়গী মমাংগী পুপ্রেময়াগী হৈকোল ওই লৈকোল ওই তৌবা অহুদা লোয়া উরে। ঐ লাকই হাইবা উবদা প্রেয়ানা 'এপ্রিল ফুল বনায়া কিসিকো ওসসা আয়া' হায়হনা লাওম্ব হন্দ

নাইন শকৃলকৃলমই। মহ হেক্ তাবদা ঐ খঙনিং নিংশিংলকলে। সুমিৎ অহ এপ্রেলগী অহানবা তাংখিনি। তশেংনমক মানা ঐবু অপঙ্‌বা শীগ্রে। ঐ ইকায় ইকায় য়ভনদদি অর্থ অহ হায়দোক্তনা অহুম্ হল্লকলে।

প্রেয়া হায়বিসিবু মীয়া নত্রগা শাদা মী মতু পানবিয়া খঙ্‌ত্রে। অহুবু মহুস্থ মীয়োল লোল্লি মীয়োল ঙাংনবা য়াই। লৈশাবী মানবু মমায় ওহ্লোক্লা কনখ্রে মমাই কন্নবা কুটনাইনগ চাত্রা খঙদে। ইচা মহিত্তমবা ঐনা, হায়বা ঙমদবা মানা ইগায় লায়না হায়দোকই। কুইন লৈশায়হনা তৌরিত্র খঙ্‌দে। মানা ঐগী ইনাক্ত চংলকলগা জ্রু জ্রু জ্রু তৌবা অমদি হেঙ্‌ঙো হেঙ্‌ঙোবা মতৌ অহ উয়গদি ঐনা মাবু খেঙদা য়াখোই হায়বসি স্নকৃথা থাজদে। ঐঙোন্দা তৌরিবা অহগুম অতৈদদি তৌদে। মতৌ য়েংগে হায়হনা কম্মিমগা "ঐনা নঙবু শুংশি" হায়হনা ইংরেজিদা ইয়গা চেজেৎ অমদা মীনা পীয়খ শাহুনা পীক্লয়বস্থ 'কনানলো, কনানলো' হায়হনা হংলগা ঐগী মাই য়েংলগা 'নঙন ওইয়বদি য়াই' হায়হনা হেক্ মহায়রকই। অহুগা থবক য়াম চিনবা শাহুনা থবক্ হেক্ শুশিরৈ। হায়দ হায়শিল্লুয়বস্থ 'চয়োদ হহুথসিমা' হেক্ মহায়রকৃই। মানা আফিস হেক্ কায়কপগী ঐগা অহানবা হেক্ উম্নবদা 'নমস্তে ওলড মেন' হায়বসিমদি মতোক্ত্রবনি। ঐনা পায়-জয়িবা অঙাংগী সার্টিফিকেটস্থ ময়িদ মশুজয়বনি। অহুবু মাশুগী লৈশাবিনা তৌয়কলিবা মতৌ অহ থল্লুয়গদি ঐসি নহা ওইয়িবোই হেক্ মথল্লুই। ঐসি অহল ওইয়ে হায়বসি হেক্ হেক্ কাওই। তৌবদি চহীযোমদা য়েংলুয়বদি মখোয় ঐখোয় লোজা ওইয়মগনি। তশেংবস্থ হংলুদে। ময়মদি লৈশাবীগী চহী আফিসকি কর্ম্মচারিশিংগী তলব মশা মশাদা হংলবদি অশেংবা খঙদে। মশা মশাদবু হংলুয়বদি চহীনা খয় তানা তলবনা খয় হেনগৎনা হেক্ মহায়মকনি। ঐনা হয়ে হায়রবদা চহী অমা মঙাই। ঐনা তুংগী খনুমনগ্রহনা ওস্তানা মুগী

খিজরক্তুনা য়াম্ব অহল শুইগ্রমোই থন্নুখনি । অঙ্গবু থওইনা অওইহ বোইনা মীগী মচা লৈশাবী অমবু অতোনবি ওইরো হায়দুনা কমদোনা হায়রুগনি । ওম্বোক্ক হুংঙাইগ্রবনি ; মরক্ মরক্তা মাবু ঐনা ঐগী ওইনা পাম্মি অমদি হুংশি হায়বগী মওং উৎপ লম্ভনা ঐগী উপায় লৈরমদে । হঙ্গোয়নমন্ত্রহুনা, হায়রুব মথেম্ম কাপি তাগ্রনা তোক্লে । অমুক্তংদদি হায়হুনা মম্মেংনিংবনি । কনানা থওমি সুপীগী থম্মোয়বু, চিঠি-খেলাওম কোক্হেক্ কাওদোয়ক্লবদি । মহাক্পু নোংমতং লওনহৌদবদা পুংঙাইতবা পোকলকলে । মরম অহুমক্তনা আকিলকি থবক্ তৌমিন্ন-বশিংগী মরক্ত ঐমুক্ কাগনবা লৈরক্তে । কেজুএল লিভ চহী অমগী তয়ানিথোই পিবহুদকাওবা লোইন লোবা ওমজদহুনা চহী লোইয়কপদা তরেৎ নিপালদি অহুম্ মরেমলে ।

নোংমদি ঐম্ম মাগী মনাক্ত কন কুইন কমলমই । য়ামী ওয়ে । ইমায়বা ইমায়বি, মমায়বা মমায়বি অমদি মানা ময়ুম পাম্নবগী মরম ……… । বসন্তগী মতমগা ওইবনয়া করিনো মপুক্লিংম্ম ইনৌ নৌ-থোক্ল উই— কন নেনা তানা য়ামী শানবা য়াই । মীপশিংগী মনাক্ত তোয়না কম্ব মীদি থওলমগনি । সুপীশিংগী তেথয়কপা মতাং অমা লৈ । মতুবু থেংনরুয়বদি হায়রিবমথৈ য়ারে । তাঞ্জা অহু কারপা ঐনা হংলমই —"প্রিয়া নওগী G. P. Fund থম্ব্রব নত্রা ?"

"থমখ্রে ।"

"নোমিনিদি ?"

"হাপথিজ্রিয়ে কৈনো ? A. G. নম্ম থোবনা ; পড্ডি লৈত্রহুনা 'Will be intimated latter on.' হায়হুনা ইথবনি ।

"ওম্বোক্পনিহে ইবেম্মা নথোয়লে, নওবু অহুক্ য়ানা লাইরিক্ তমহল্লক্তনা নমায়ব মরক্ তিলহললকলিবা নখা নপা অমগী মখিংদা পৈশা থজিক্তং তুংশিনবা কাওবা পামদেনে । কদায়দনো থওথে নথোয়বা নখা নপা হুংশরিবলো । মকম্ মরাংম্ম থওজিবা মীগী মচা, হুংশিনবনি

হায়দুনা চৎলুরগা জার য়ালা ওইরমদুনা তুমগনিসু খঙব্রিবা ? অদুগী মমিংনিনে নঙনা ঙাইহিরিবসে।"

"তৌবিরোনসে, ইস মথা মপা নিঙ্বা মচা ওইবিরক্রা অদোমবু।"

"করেসে তোক্ওসে রা অমা হায়বিগে।"

"করিনো ?"

"অহবুরো ঐগীসু হন্দক্কী থম্বতারিএ। অহ নঙ্গী নোমিনি অহু ঐগী মিং অসি পূরগা পীখ্রো। ঐগীদসু নঙ্গী মিংহু পূরগা হাপ্রগে রা য়াম্নদনবা।"

"নোমিনিবু পূবা য়াব্রনেনে ?"

"হায়্, হাপ্রবদি পূবা য়াদে হায়রগনা কোয়া কোয় খোকঅ খোকঅবা হায়বহুনিদনা।"

"হোয়নহে হন্নুবা। ইস য়ায় তৌ ওন্থিনা, কিজরেদা।"

"তৌমুনে নঙবু হন্নুব হন্নুবা হায়হুনা— অতৈন হায়বদি হায়বনি নঙমক হেক্ হায়বদি থরায় মুংঙাইতেনে।"

"হায়বদি ঐবু মুংশিবিদে হায়বা নত্রো ?"

"হোয় হোয় হন্নুব হায়বহু অমুক্ হায়বিরয়োই।"—মসি হায়রগা মানা ঐঙোন্দা নোকমি নোকমি তৌদুনা য়েংলকপা অহনি ঐনা প্রাণ প্রোক প্রোক হেক্ চাকলিবসে। হৈনি লৈনি হায়দুনা চানিংঙৈ চিন্নিংঙৈ হায়দুনা পৎ হেক্ থৎতুনা লোৌবা য়াবসু নত্ত। মশক মশক্ কজরিবা মচিন্বায় মচিনথান কল্লকইবা ...।

মথঙ্গী চহীগী এপ্রিল তাং ১নি। কুইরবনি ঐনা ঙাইরকলিবা। তাং অমা য়োরকদৌরদুনা কেরানীশিংনা সুংমিৎ মশিং থিদুনা তলব ঙাইবগুম্ ঙাইরক্লবনি। হৌখিবা এপ্রিল তারিখ অমদা মানা ঐঙোন্দ এপ্রিল ফুল্ তৌখিবদগী ঐসু হন্দক্তি লমল খুমগে খল্লি। সুমিৎ অহুগী অয়ুক্ অহুদা ঐনা তৌরুপদবা য়োট পূয়মক্ শাগৎতুনা লোইরে। য়াৎলিবদি মাগী অপঙ্বহ ঐগী মিৎসিদা উগদবদ মঙাইরবনি। ইমুংগী

অত্তাংফুবি ময়াম্বগা লাওনরুবগা ইকমাইথৱাহনা চাকচাবা তোকলক-পদদি মতমদি অা য়োথে। থেংথে, অত্তাংসু থেংই হায়হনা মুক্ অত্তাংবনা চিংলমই। কপে থেঙগ্রবরু অমুক্ ওলহনবা য়াত্রা হায়না থন্দুনা ঐসু সাইকল অহু কয় থোহনা চৎলমই। হেক য়োবগা সোই তোকম কাদা চঙ্‌পে হেক তোবগা প্রিয়ানা য়াগী কাদগী প্রপ্ প্রপ্ থোরকলমই। ঐগী ইনাক হেক য়োবগা 'নমস্তে গুলড মেন' কা হায়রকদবা মাল্লুরে। অহুবু মহুকা অমত্ত হায়দনা ঊপা পাথৎনা হায়রকই—"পাও তারব্রা ?"

"করি পাওনে ?"

"তাত্রিবোইএ। মথোয়গী ইন্দ্রকুমারদো ওরাং নুমিদাং লাইরিক তোবদা কমুংদ মোমবত্তী থাল্লগা লাইরিক পামালে, অহু মাদি অহুম্ ভুমথোকপ্রমালেদনা মিকপ্ থোরকপদা কাংথলদগী হোহনা লোইন চাকলে। মাশাসু য়াম্ব খিনা চাকলে। ওরাং অথেঙবদা তাক্তরদা পুখিবনি। হোৌজিক কাওবা জ্ঞান তাহৌত্রি। ঐসু লমকেলদগী হল্লকপদা থেঙদোকপ্রদনা সোমদ অহুম লাকলে। উস। মমাই মমিৎকাদি কিরে উবদা। উস, মচেৎ মচেৎ শেৎপবু য়াই হায়নৈ।"

"করিনো থঙদেনে। নহালসু অহুম হায়ন তোহনা মাগী মোন অহু তজ্মার চম্না চাকলমহনা লাল্লমদৌরবনি। মহুদগী মোমবত্তী কমুংদা থানখিত্রবনি। মাদি মোমবত্তীদগী লাল্লু তম্প্রব্র করিনো থঙত্রে।"

"ইস, মথোয় মমা য়েংবদা অমুক হেন্ন জ্ঞান তাখিত্রে। ময়াম-ফুসু মমা য়েংলগা পংকত্ত কপ্পত্রে।"

ঐসু হেড ক্লার্কতা হায়রম্মগা সাইকল্ লোথোক্কুনা লমকেল তাম লৈজরবি থাহনা থোরে। লমকেল য়োরে। মনিপুরগী জেনে-রেল হোসপিটালনা লমকেলদা হোংখিবগী অমুক কাওবা চঙ্‌খ্রি করিনো, চংখিবদা মথোঙ মথোঙ মকাং মকাং, মকম্ মকম্ খুদিঙমা

হিন্দীগী হিন্দী ওাক্ত। খেৎলমলিবা সাইন বোর্ডশিং অহু হিন্দী নত্রগা ইংলেজি পাব খোক্তবা মী লাকপা তারবদি মানা খিনি৲লিবা মী অহু খিকম্ খঙদহুনা শিবনস্থ হানবা য়াই। উবদা কপ্‌পু কপনিংউবে। মণিপুরদা লৈবা মীয়ামগী অনালাইরেংশংদবু মণিপুরী লোন্না ইবা সাইন বোর্ড নত্রগা নেম প্লেট অমত্ত কাওব উব কংদবসিদি ঐখোয়বু হিংলুবগী করি কারখিগদগে। শিখিবনা য়াম্ন হেন্ন কখ্রব্রা খল্লকলে। থাজক্লদে, হিন্দীগী লম্ ইউ: পিঃ দ কাওবদ অস্নুম্না তৌরমগদবা মান্দে। থম্মোয়দ রারোদবা ওমদে, মণিপুরদা লিংলিবা মিনিষ্ট্রী কয়াদ মরিল লৈখিত্রবা! সরকারনা করিগীদমক্ত অসিগুম্বা মীয়ামগী ওইবা পোৎতা মৈতৈলোল্ শিজিন্নহননিংদ্রিবনো! মসিনিকো লোইলমগী য়ুম্‌ব৷ল্। মকম্ মকম্ খুদিঙদা মাগী মাগী লমগী রিজিওনেল লেঙ্গোইজ হাপ্পরবদা মণিপুরনা অস্নুক্ তোন্নি করিগীনো? অস্নুম্ন তৌগদবা লৈরবদি সরকারনা Adult Literacy হায়হুনা অহল লাইরিক তমহৌদব তমহৌদবিশিংবু ইবা পাব ওস্নবা পৈশা ভারি-ভারিদ খরচ তৌরিবহু মসিদা কারজ্রবদি করি আর্থনো? মৈতৈয়োল তম্বীগদবগী শরুক্ সরকারগী আফিস অমদি অসিগুম্বা ডাক্তরখানানচিংবা মকমদা চৎপদা মকম খঙজনবা হিন্দী অমদি ইংরাজি তম্বীবনা হেন্না কারবা কংলম-লোইজ্রা খল্লকই।

ওাইহাক্তংদি থম্মোয়দ হুংওাইতবা অম পোকলুহনা মরুপকি অনাবকা কাওক্তরে কা কা চঙ্, চঙ্‌হুনা খিরে কংদ্রে। খিকম্ খঙলক্তে। চঙখৈ চঙ, চৎখৈ চৎলগা ইমায়বা ডাক্তর খেংনহুনা মানা লম্ তাক-পিরে। মাগা লোইননা চঙ্‌হুনা Casualty Dept. দা চঙহুনা ওয়াং ফুমিদাং মৈনা চাকপা মীকা লাকখিব্রা হংলুরে। হংনরিঙৈ তাক্রক্ অসিদা মখোয়গী টেবল অমদা কেলেণ্ডর অমা লৈরমই। মহুদা এপ্রিলগী তারিখ অমা অসি মরেক লানা চোংখোক্তলা লৈরমই। ঐ খঙনিং নিংশিংলকলে, হয়ে কুক্ত অমুক্তস্নু নত্তনা অনিরকপু।

ঐবা আফিস কায়থবাইদ প্রিয়াদ এপ্রিল ফুল তৌকগে খনখিবনি। সুক্তবু অঙাং ময়াম অহুমা চাক থেঙবহৃনবা হেক্ হাংতুনা ঐবু কয়াদ চোরবা ॥

লমকেল্লোমদগী থোরক্লগা ইন্দ্রকুমারখোইদা চঙলগা য়ারী ঙাইহাক্কুং তৌরগা লাকলে। আফিস য়ৌরে। ঐ প্রিয়াগী মনাক্ত চঙলে। মানা ঐবু উবদা নোকমি নোকমি তৌরতুনা হায়রকই— "লৈরমত্রা ?

"উম্ লৈরমই।" ঐ য়াকা ইঙাঙ ঙাঙরে। মনাক্ত লৈরগা কেমানী য়াম ঐবু উবদা য়া য়া লাওনরকলে। মাইদগী হুমাং অহু নপথোক্ নপথোক্ত মাগী মনাক্ত থারিবা আইকন চেয়োর অহুদা কম্বররমই। ঐনা য়াকা ইঙাঙ ঙাঙরবহুদা মাদি ঐ শাওথত্রা কৈনো কাইন থজ্জখপনি। ঐনা মনাক্ত কমলগা য়াম তপ্প হংলমই— "নঙগী কোন্ লাকপ্রা ?"

"কনাদগী. করিগী ?"

"অঙনদি থাজররোই। নঙন ঐঙোন্দ অপঙবা শীক্ষরবনিনা ঐদি পঙলে ইশানা য়াদে। ঐনা হায়গদৌরিবসি নঙ থাজগে থাজো থাজরোই তোকউ, ঐগীদি হায়বিব হৌনবা হায়রনি।" ঐনা ঙকথরপ তৌনা হায়বহুদা মানা খুমমকই—"অদুবু করিনোবা ?"

"ঐনা ইন্দ্রকুমারখোইদগী নঙন অপঙবা শীখিবগী য়ারী ঙাইহাক তৌরগা থোরকপদা নখোয় ইমাদো শল্ ভানবা থোরকই। কোম্ফোংস্থ মচৈপু করিমত য়াঙদে।"

মহক্ খঙন মানা হায়রকই—ঙসাই লৈঙোই পাড়ী থর লাক্তুন ফুকতোকখবনি। অদুদা কৈদৌরবা ?"

"শল্ ভানবা অদুদা মখোঙ ওইথথ অহু খুদি অমুক্ খিদুনা তুশিল্লে। হায়গী অশোকপা মকম ওইরমালে। তুশিনব অহুদা কিভম থর চাক্রমালে উপ্রাক্ত শিংতুনা তুবদা য়া অনি তেকলে। ঐনা হৌগংতুনা ইমুংদ পুশিল্লে। পীব য়াবা কাষ্ঠ এইদ ইন্দ্রকুমার

ইবাম্নিনা পীরে। ভাক্তরদা চৎকনি হায়দুনা তৌহৌবনি। খবাকম্ব খর শোকলমাদে মুঙ্‌দা থৈরগনা। নঙ কোন্‌ তৌনি হায়হনা তৌহৌবনি। ঐনা কোন্দ হায়রবদি য়াম্না পাখৎনরনি, ঐনা চৎখিবদা অহম্‌ হায়-রম্মগে হায়দুনা লাকলবনি। ইন্দ্রকুমারনা পুন্নুনা চৎলমলগনি। করি-গুম্বা ভাইওমদন্নুনা কোন্‌কা তৌরকপ্রা হায়বনি।"

"হৈস! খোলাল অহুস্থ মুঙগী মুঙ্‌ঙাক্ত চাইরবনি। মখোঙহুম্ব নহাল খুদি খিরুহুনা চৎপ য়াবদা ভাইরিবনি।"– হায়রুরগা মাম্ব কপনিং কপনিং তৌরে।

"এপ্রিল্‌ ফুলদি নঙ্গেকো?

"হোয় এপ্রিল ফুলনি হায়না খন্নগা অহুম তোকলো। ঐনা হায়খা থাজরগনা থাজবগী খবক। ঐগীদি তাকপিকমখোকপা তাক-পিবগী য়ানি।"—হায়রম্মগা ঐনা থাজত্রগা তোকচৌ হায়বগী ভাবতা হৌগৎলগা ঐগী কম্‌কম্‌দা চঙলমই। তাঙ্গ অসিদা চপ্রাসি নিলোনা প্রেপ্‌ প্রেপ্‌ লাক্তুনা পাও অমা পীররে— "ইবেম্মা প্রেয়া হৌজিক্ত মুপী অমনা কোন্‌ তৌরকপনি। য়ুম্‌দ ইমাহু মখোঙ্‌ শোক্তুনা ডাক্তর য়ৌথে অমুক্ত খুনা লাক্তবা য়াদে হায়নে।"

মতম্‌ অহুদদি চামনা মা মুংঙাইত্রে! মপি তানিং তানিং তৌ-রকলে। ঐঙোন্‌লোম্‌দ অমুক্তং য়েংলকলমলগা চৎথ্রে। মাগী মিৎয়েং অহ্‌ 'ঐনা নঙ্‌হোন্দা থাজরুদবহু লানথ্রে য়ারৌনু' হায়বগী মওং মাম্নি। তস্‌! চহী অনিবু মহাক্তনা নখদি য়াত্রদো। মানা হোদেল হন্নকপদা খঙ্‌গনিদনা। তাম তামহুনা এপ্রিল ফুল খনায়া প্রিয়াকো ঙস্‌পা আয়া' হায়দুনা শকচিনগে।

হোমনে চহী অনিবু। অহবু ঐগীসিবু এপ্রিল ফুল কৌখিগত্রনে?

---

# ৫। "ইচেম্মা"

নুমিৎ অদু অয়ুক্কি পুং নিপালদোম তারে। ইচেম্মাগী নুমিৎ শিনি হন্নিরোম শুরেরে সুমদা হল্লক্লুনা লৈবা। অদুবু ঐদি নকুই হায়বদু মতাই তাল্ অমা ইচা হেক্ চাদগনা নোংমতা কাগবা চৎখোক্লুবা ওমঙ্গি। কাল অসিনগা কান্দা অমলিবা মাগী মাগী হিংব ওয়নবা লম্বী থিনরকপদা মরুপ্ মপাঙ্কা ইকায় হেক্ কায়নরে। অদুম অদুম্ ওইনমক্ নুমিৎতুদি থবক্ থাজত্তং শংবা তাঙ্গা ওইদুনা ইচেম্মাখোয়দতুম চৎখোকলুগে থম্মুনা চৎলমই। কুইরে ইচেম্মাগী কাম্বনদুনা রাগী রাতায় শামিরদবা। সুংবু সুংশি খল্লুরগা মীওইবা !! ওয়াংত ওইরবোই খল্লি রা রা নোক্লুনা কপ্পিরদুনা সুংতাইমিন্নরম্বা অদুবু চঠীয়োমদা য়েংলগদি কন মহাইজিনগে। মুম অমমম্গী মপু ওইনরক্লবসিদদি পুন্নমক্ মাঙগে।

ঐনা ইচেমাগী থোঙজিল্ ময়া হেক্ য়োবদা ইমাবোক্ খোয়ক-লমই। ঐগী ইশক্কু থাজদনা উবদুদা হায়রকই— "ওসিদি করি নুমিৎনো ইচাদি ?"

"নুমিৎপুদি থাওজনি, ইপোক্নুমিৎনি হায়দুনা থবক্ ছুটি থা-দোক্লুনা লাকলবনি। নচানুপীদি কদোমদা লৈ ?

"আ চাক্শঙ্দা লৈহৌবনি চঙ্ঙু।" ঐগী ইখোল তায়মাদে ইচেমানা ইমুংদগী লাওরক্লমই—"কম্মমুউ চা পুখোরকে। ঐসু মাগী মমাংথৈগী রিডিং রুমদা কমলমই। টেবল মথক্তা আউট বুক খর তাগনা লৈরমই। মক্কাযদুগী মরক্তা শ্রীভগবতী চরণ বর্মাগী 'চিত্রলেখা' অদুতদি হাংদাক্লুনা লৈরমই। য়েংশিল্লুবদা মুক অতাঙবনা অক্ষর লাইন তৌবা শরেং অমা অনি থেংনরমই—"সুংশিব হায়বা অসিবু থুংনবা তাক্লনা সুংশিনবরা ? থুংনবা নত্রবদি সুংশিবা অসি ওইখো-ক্রা ?" হকচাংগী ওইবা মরী থরৎলিবা অসিনা থরাগী মরী

চেৎশিল্‌হনগনি।" ঐস্থ রাতাম্র কনহৃম্‌ জুংঙাইরক্লনা মখা থরগা চৎখহুনা য়েংলমই। পানামা মচৈ অমা চিংলহুনা লাইরিক্‌ অম্থ পারম্ভ। ইচেম্মাদি লাইরিকা ভহুক্‌ পাম্লনা শান্নরিমালে। মচাগা পোক্লবাসদা মথশ্মোয়স্থ ইনৌ নৌবিত্রা করিনো। ঐখোয়দি নোভেলগী শ্রীবকা চঙখিত্রে। তৌবদি নোভেল পাবগী হেবিট অসি ঐনা মঙোন্দ ভম্বীরম্বনি। ঐনা উংলৈঙদা ইচেম্মন্থ চা কপ অনি পুরহুনা টেবল মথক্তা থমলরে। মাগী, নোক্‌কে তৌবদগী নোকখোক্‌লুরবদি কঞ্জবা মাঙখিবা ভারে থম্মুনা নোকতনা, নোকমি নোকমিবগী মমি অমদি মমাইদা লৈহন্‌বী মতৌ অঙু তৌরহুনা হায়রকই—"হস। কুইরেদা ইবুংঙো উদবা, নহাল মখৈ কদায় লোৎলুয়ে?" মহু ফাওবা গাদি কম্‌থক্সি। ঐগী পাঙখুম ঙাইব নংদনা মানা য়াম্ন তপ্প হায়রকই— "মোহেন্‌ নঙ, চুরুপকা থকলমলেনা; শেল থোক্কৎলবনিনা .... ।" মানা ঙাইহাক ইংথরগা তপলপ্প হায়রকই—"নঙ্‌বু নোংমা ঐগী ইমাত্‌দ চুরুপ থকলোই হায়হুনা রাশক্‌খিবদাই?"

"উম্‌, শকাখ। অঙ্গবু থশ্মোয়নুংগী মেশা অসি খাঙননবা কোৎনবদা অশাবনু অশাবনা লোকপনা করে হায়হুনা থকলরনি। রাশকপগীবু হায়রুরবদি ইচেম্মাম্ন কনাদনো অমদা করিঙম্বা অমা শকখি। মহু হৌজিকফাওবা ঙাকলিত্রনে?"

ইচেম্মা রা মখা অমুক্‌ তারক্লে। তুম্মিন্ন লৈখ্রে। রাখল্‌ চায়খেৎ তৌম্নি। মা মানা শকখিবা রাশক্‌ অম্থ নিংশিংবা ওইরমগনি। মানা নোংমা ঐঙোন্দ রাশকখি—"নহাক্লনা ঐগী অরেম্প্লানি, নঙ্গ কী নত্তনা কনাগুম্ব অমগী মাইখোংদা ঐগী ওইন য়েংশ্ররোইদবনি।" ইচেম্মা নিংশিংলকলমালে, মমিত্ত ঈরা চেল্লকলে। ঙাইহাক্লং চা গ্লাস অম্থ পায়খোক পায়শিল তৌরগা অহল ওইবগী রাঙাংদ চায়রকই—"করদৌরিবগে নঙবু অম্বুক্‌ কুইন কুইন চল্লক্তবসিবো? মুমদ লৈহৌবা অঙাম্বুবিগীকা ইখল হেক্‌ থম্দব মখৈ?" ঙসাই মখৈ মিৎথমকম

থিবদা রাক্সবনি অহুবু শ্বোর থর হোল্লহুনা পানামা মচৈ অহু থর কল্লপ চিংলগা মৈথু অহু মথক্ত কোইন কোইন থাদোকলগা হায়রমই—"থঙ্দে ইচেম্মা করি হায়গদবনো, ঐ অসি য়ুমদ হল্লিল্লি'দবা লাইনা অমা চুখে। য়ুমদ লৈরগা নুংঙাইকম্ শুকথঙ থঙদে। লম্দদা লৈরগা থর নুংঙাই। অঙাংশিংগীসু মখোয় মখোয়না থোকপ হায়বহৌনি।" ওসাইমথৈ মাগী মঙ্লুবা রাথলশিং অহু লংথোক্খ্রগা নোকমি নোকমি কারপ্ কারপ্ তৌরহুনা য়াম্না তপ্না হায়রকই—"সে চা অসি থক্-অসিসে হঙ্খ্রনি।"

ইবামি ওন্শিনহুনা চা অহু থকমিন্নরম্ই। মাদি চৌক্রি অহু মপুং ওইনা কম্বা নুংঙাইত্রবালে চৌক্রিগী পাম্বোম অহুদা থজিক্কুংদং লৈশিন্দুনা কম্লমই। চা থক্ত থক্ত ঐনা হংলমই— "তারিবাসবু অচুম্বরো ইচেম্মা ?"

ইথা খাজদনা ইচেম্মানা খুমলকই—"Every rumour has some truth in it হায়হুনা নঙ্না মমাংদৈদা য়াম্না তোইন হায়-রম্বহু কাওখ্রব্রা ?"

"Then let me know the truth behind, কৈদৌবদ-গীনো হায়বা ?"

"করি তৌনগগে মরম খঙলগা ?"

"ঐগীসু মপুন্না অমা ওইনা হংবগী রাইট লৈত্রব্রানে ? ইচেম্মনা লালত্রা মীনা লালত্রা হায়বহু খঙনিংইদনা।"

"অমনবু চুম্লবসু অমনবু লাল্লবসু ঐগীদি নুংশিরক্লহুনা লাক-লবনি।"

"নুংশিদবগী মরম্ অমদি লৈদনা। হৌজিকনে মপান রোক্সবা নুপী লোয়োইকা হায়জরক্লনে, কপ্ননা চেনজনিকো নুপীমচা অমা।"

"কেৎলে।"

"অহুবু করিগীনোবা ?"

"মরম্ অদু হায়দোক্লবদি মীনা ঐবু অঙাওবা তাবগী রা দৈ। অদুবু ঐহোন্দদি মতুদগী হেন্না লুবা মরম্ অতৈ অমনকা খাইনহল্বদি ঙমলোই।"

"অহৈনিনে ঐনা খঙনিংলিবসে।"

"তোকও কোন্না মরাইন খঙজরক্নি।"

তাঞ্জা অসিদা ইমাবোক্ প্রপ্ প্রপ্ চঙ্লকলমই। ইমাবোক্না ইচেম্মাগী তুংলোমদগী ঐহেন্লোমদা ওনশিন্দুনা হায়রকলমই—"য়েং-উনেসে ইবুংঙো, নচে ইবেম্মা তোঙান্বাসনা তোব শারবসে; মাগী খুদোপ্ মচা অসিমতং শোক্অম্মে হায়দুনা হেক্ক খাইনবা ঙাম্মনেসে। কত্তবা শানিসে মসে। কৈদৌগে ঐনা হায়বাদ নিপা অদু অহক্ হাক্লা কত্তবসু নত্তে, অদুবু মানা হেক্কা য়োল্লি।"

"সে, ইমা নখোইদুম্ তোক্লচোসে......।" ইচেম্মানা ইমাবোক্ পু ভানশিনখিরমই। ইমাবোক্না মহুতং চায়রম্লগা চঙথ্রে। ঐনা ইচেম্মাদা য়েংশিল্লুবদা মহাক্কি মক লুকখহনা লৈরমই। ঐন হংই—"অচুম্বরনে, খুদোপ্তুদ অতুম্মক্ কংথ্রত্রা?" ইচেম্মা খুম্মুক্কে। রা মচেৎ অমত্ত কাঙবা ঙাঙাখদ্রে। ঙাইহাক্ লৈরগা ঐনা অমুক্ য়েং-শিল্লুবদা মহাক্ক মিৎলুদ পিন চেম্থানং চেম্থানং তোইদুনা লৈবা অদু উৎর। মহাক্না য়াম্না তপ্ত হায়রকই—"ঐনা মঙোন্দা কন্নারক হন্ন হায়খ্রবা'ন, খুদোপ্ অসি ঐগী ইশা কত্তবীদমক্ক যজ্ঞ তৌঙ্গা শিরিবনি। মসি কাখথোকপা য়াবা নত্তে। অচিনক্ল লাকলবসু মসিদি শিঞ্জিনবা য়াদে অতৈ অতৈ শাজদৌ হায়দুনা তৎতনা হায়-জখ্রবনি। অদুবু মহাক্ক ঐগু সুংশিরবদি মসি জ্বারদা থারম্মে কদবনি।"

"খঙজ্রেনে, নখোয় কুপী অসিননে লাইরক্ কন য়াম্না তম্লবদসু ওন্থোক ওন্থোকপদা থাজগনবাসনা। লাইরা তিলয়া অসিনবু ...... ওন্থোকপা থম্মোয়্রুনি।" ঐন' মাগী খুদোপ্ অদু য়েংনাংলকপা অমা পোক্লদুনা মখুৎ অদু পায়রগা য়েংলমই— "সিরনে?" মতাং অসিদদি

ইচেম্মাগী মিৎলুদনা অঙৎপ লৈত্রবা পিনা চেথুরকলে। কবিগী কপ্লিবনা থগুদে, খুদোপ অহু মাওলমগদোইট হায়রবগীদা নত্রগা ইবায় অহু মুমিৎ হুমনি মরিনি উত্ত্রবহুদা চায়না কায়নরগঞ্জ হায়না থল্লুপদগীর। থগুদে। হে মুপী! ওম্মোকস্ত্র নৌনা পোকত্রেদকো পিদদি॥ মানা কপলি কপলিয়বহুপদি ঐস্ত্র মুংঙাইত্রগুনা হায়রমই—"কমিনোবে অঙা মচাদৌনা তৌরিবলিবো? খুদোপ্ মচা অসিগীদমক্তবু যুম কায় হায়ত্রনে?" ঐস্ত্র খুদোপ, অহু উবদদ মশক্ থগুলে। ঐ তপে তপেংনা নিংশিংলি ......

মতমহু ঐ বি: এ: পাস তৌবগু মঙাম্মরি। ইচেম্মাবু ইমাবোক চাক কৌররোই গায়বহুদা লৈপাক্ পুম্বক লিঙোল চাকৌরগা। কুম্ অমগী মপুংদা অমুক লাকপদা ইচেম্মাবু কবিগী কৌদদগে হায়গুনা ঐনা ঐথোরদা কৌরমই। চাকৌবা মুমিৎ অহু ঐনা ঙা লৈগুনা পীরম্রগা অহুম্ চংখোকলে। ঐনা হল্লকপদা ইচেম্মা লৈরমদে। মমাম্লাবশিংগা কোইখি হায়। ঐনা ইমাদা "ইচেম্মানা চৎলমদাইদ ঐগা উনখিদ হায়মু" হায়রম্লগা ঐগী কাদা চঙুনা হীপ্তুনা লৈরমই। মুংখিলগী পুঙ্ ৪রোম্ ঙারকলে। মতম্ অসিদা ইচেম্মা ঐগী মথক্কি কাদা ঐ উবদা চঙ্লকলমই। কন কুইবে মাগা ঐগা লেনা ঙাল উদদবা। মহাক লুপোংখিবা মুমিৎঙগী উরবক্ বনি। মহাকা মায় চীঙ্ লেমা ঐগী ইনাক চঙ্লক্লগা ঐগী কমুং মচিদা কমলমই। ঐ কমুংদা উপ্রাকা হিপ্তুনা লৈরমই। ইচেম্মানা মায় তপ হায়রকলমই— "নঙ্দি ঐগা কাম্মঙুনা চাক কাওবা চামিমনিংত্রা? অমুক্ ঙাংনা কংবা মুমিৎ অসিদা অমুক্ থেংনে হল্লকলিবদি?"

"অহুগী নত্তে কত্তবা থদপম্ভু ইচেম্মা। গাইতরগদা কমখিবদগী হেক্ক হৌপংনবা য়াদহুনা তৌরিবনি।"

"নঙ্গী মমাংতৈগীহ্ তোকত্রিবোইরে। সে নঙদি লৈপা লোয়খা থথকম্ভু তৌত্রি, তৌরমোই হায় হায়রে। ইম্মোমচানা পীবা মুপা ঙবা দক্ষিনা কদি নঙ মঙা অমা লৌহৌরো ঙথায় ঙথায় মৌরদা।"

"ইমানা পীরিবদো ঐনা পীবনি খঙ্‌ন খঙ্‌না ঐনা পীবদি লৌনিংদে হায়রবগী রাগনে? হৌজিকমক্ কান্নদ্রবস্থু সড়ক্ ম্নৌরগদিকা মতপ, অমত্ত ওইরবস্থু লৈব মকাগনি।"

"অহু ওইরবস্থ নঙডোন্দা অমুক্ ঐ পীরম্মগে, কনেক্ ফিয়োলকা য়াম্না য়াওরেনা।"

"করে করে পীরকও কদায়, ইচেম্মানবু ঐঙোন্দগী পোৎ অমত্ত লৌররোই থনগ্রবদি।"

ইচেম্মানা অমুক্ হন্না পৈশা অহু পীরকখিদ্রে। অহুম্ লৌশিন্‌খ্রে। তাঙ্গা আসদা ঐনা ঐগী লুখুমদগী উপু মচা অহু লৌখোক্লগা মহুদা য়াওরম্বা সনাগী খুদোপ, অহু লোখোক্লমই অমস্তুং হায়রমই—"ইচেম্মা নখুৎ অহু তিংথোরকুউ করিনে। অমা হাপ্লিগে।"

"করি অমুক্ হাপ্লি'খগগে?"—হায়রহনা মখুৎ অহু তিংথোরকলমই। ঐনা মখুৎ অহু পায়রহুনা খুৎনিংথৌদা খুদোপ অহু শিবগা হায়রমই—"সে ইচেম্মা, মসিনা নঙগী লুহোংবগী ঐগী পোৎপাংনি। ইচেম্মাগীদমক্ত শীঙ্‌হুনা লৈরকপনি। লুহোংবদদি মত্তমনা চানখিদ্রবনিনা ......। চেকশির থম্মুক্কো ঐনা পীবনি হায়হুনা শাওরংননা মীঙোন্দক পীখোকখিবা য়াব নল্লেকো।"

তাঙ্গা আসদা ইচেম্মাগী মিৎলুদগী শিন্থরকপা পিগী ঈারক্ থরনা ইবাম্নগী থুৎনম অহুদা তারকলমই। ঐগী ইকমুদা ইচেম্মানা লিরি খোইরিবসি হুমিৎ ছহুনা অতাংবানি। নহাল মথৌদ ইচেম্মাগী থম্মোয় অসি অসিয়েনা নৌরমগান থাজরুদে। পুমলাও লাহ্‌বা মীতা অমা ওইনা তৌরম্বনি। মাগী মতো অহুদা ঐম্ব থম্মোয়ম্বুংদা কপাদিংবাগুম অমা খঙ্‌কাও ক,ওরমই। অহুবু মহু য়াম্ন রানা নম্‌থরমই। ইচেম্মানা য়াম্ন তপ্ন হায়রকখি—"নঙনা ঐঙুম্বী শা অমগীদমক্ত করিগী অম্মুক্ য়াম্ন চংবা পোৎ শারুরিবনো?" কারি তৌবদগীনো খঙদে ঐগী মিৎলুদগী পিনা চেম্বগে চেম্বগে তৌরকলে। পুক্লদা

তুম্মিংতুমুক্ পুম্মিং তুংশিনা লোনশিল্লি। ঐগী থংম্বায় মকল্ অদুদা কদায়দগী লাকখিবা ঈহৌনা থওদে।

"ঐন খোঙ্কলগী, excursion চৎপদা ইচেম্মাদমক্তা তমল্লনা লৈরকপনি। শান থিনবা নত্তে, যীনা শিনবনি"—ঐগী অচম্বা পাওখুমনি। (পুন্সিদা অহানবা থেংনবা কায়লবগী পুংজমনি) ঐ অমান ইত ভাবিদে। মহাক্না অরোইবা ওইনা ঐগী মিৎকুম্ তম্না য়েংলকপখই। ঐহু মাগী মাইথোং তম্না য়েংশিল্লম্মই। ইবাম্মিমক্ থিংবা ওয়াত্রবা থংম্বাল্লুংদগী হৌরকলিবা পিগী ঈরা অহুবু উনরম্মই। মহাক্না মিৎলুদা ঈরা হৌনা তপ্ লপ্প হায়রকই—"ঐনা মসি থরায়দগী হেম্না লুনা থমগনি।"

× × × ×

ইচেম্মগী মমাগা ঐখোয় ইমাগা মচিল মনাওনি। মপা মপা পোকমিল্লবনি। মী অতৈনকাদি মচিল মনাও পোকমিল্লদবনি হায়নসি থওদে। মরাথবক্ত মখোয় অনমক্ লৈকায় অমত্তদা হংমিল্লরবনি। ইমাখোক্ত মরাইবক্ থর থিবিবনা ইচেম্মাগী চহী তরুক্ চঙলকপদা ইচেম্মাখোয়বু পোকপা অহু লৈখিল্লে। অতৈ অতোপ্পা মচা অমত্ত থমমল্লে। ইচেম্ম খোয়গী ইমুং অসি মমাংতৈঙদদি য়াম্না তুংতাকনা পাল্লমই হায়রৈ। ঐখোয়গীনা হৌজিক্ হৌজিকথাকদি ইমুং মঙুংগী লিভম্ থর মথরি। অদুবু চহী তরাক্ত মমাংদদি লাইরবদা ঐখোয়গী লায়বা লৈরমদে হায়রৈ। লম্মা ললোনবদা মপা চুমলুহনা হৌখিবনি হায়রৈ। লিশক্ লিকলিতৈঙদগী ইচেম্মা অসি ঐখোয়দত্ত লৈরকপনা ইবানি য়াম্না লুনা তিঙৎকলম্মই। ইচিল ইনাওগী ভাবতি লাপ্‌পু লাপথোক্। লিকালিতৈঙদগী রা অত্তুনা চাওরক্লবদগুু ইবানি অহম্ মজুংশিনহুরে। ইচেম্মানা ঐতোম্বগী চহী অনিরোমদমক্ হল্লি। অদুবু ইমাম্মগী ভাবলোমদা অহুম্ চৎখ্রে। মচিন্ মপুন্না অমা ওইনা শানবদা হল্লোইনবা য়াম্না ইবানিদা অদুক্ হাক্না লৈনদে। অমনা অমবু অতোপ্পনি

হায়বা থরখিদে। হায়রিবা মওং অমত্তুগী অস্নম্ অস্নম্ হেজিরখিহুনা ইবান্নিগী প্রেম অসি চাওনরক্লব কাওবদা মচিন্ মপুরাগী প্রেমলোমদগী থৈবখিহুনা লমলানবা পাখং লৈশাবী অনিগী নকশিন্নরবা প্রেম্লোমদ চৎথনখিরমই। হায়দোকপদদি ইকায়থ্রবা কজখিত্রবা য়ানি। অহুনা ঐগী য়াখন্দা হৌজিক করিগুম্বা ভাব অমা লাকই—অত্তাং মুপী অমগা নিপা অমগা কৈদৌউৈত্তস্ন কা হেয়া নকশিমহল্লোইদবনি। রাকম্ অসি মচিন মপুরা থওদে লমলানবা মীচাগ থওদে ইকৎ কৎলোইদবোই নিংলকই। মতাং অসিদ ইডিপেল কেস্ত ( মচানিপা জ্ঞান তাত্রিবনা মানা হয়েং চাওরক্লগা মমাবু মাগী মুপী ওইগনি থনবা মতম ) অমদি ইলেক্ত্রা কেজ ( পিকলিবী মচামুপীনা হয়েং চাওরগা মপাবু মাগী নিপা ওইগনি থনবা মতম ) নিংশিংলকই। লোইন লোইননা ইডি-পস কমপ্লেক্স নিংশিংবা য়াই। হায়রিবা কমপ্লেক্স অসিমক্ মচানিপানা মমাবু থওদ্না নমহুনা লৌখিবদগী খোয়রকপনি। অহুনা সংসারগী নিপা মুপী য়ুমবায়বগী লম-লোমদা অত্তাংবু করিগুম্বদা শান্নহল্লোইদবনি। ইচেম্মা ইবান্নি পিকলিথৈদগী হঙোয়নরক্তবনা মরম্ খুদিগুমক্তা হঙোই-নরক্তে। নহা পাখগুগী মুংশি মুওলগী য়ারী অত্তস্থ অতৈগা শারুক্রে। ইবান্নিদা অহুম মশানরে। সিনেমা য়েংলে ইবান্নিদা ময়েংলে। মুপীনা সিনেমা য়েংবা কত্তে হায়হুনা ইমাবোক্স চৈহুনা য়েংহন্দবত্ত ঐ য়াওর-গাদ্ চৈদে ওাও্দে হায়হুনা ইবান্নিদা মঘেংলে। ইবান্নিগী মতিম অসিনা কদায়কাওবা শোয়রকপগে হায়বা ইকায় হঙোয়দনা হায়রবদা ইবান্নিদা ওাইরবদি কি-রোল কোম্বগী কাওবা কয়া চেকশিন্নরক্তেদনা ঐনা নোংমা 'Brother Sister' হায়বা লাইরিক্ অত্ত পায়মই। মাবু হাম্বা পাহল্লবনি। লাইরিক্ অহুমকুম্ন হেক্ পোকমিন্নবা মচিন্ মপুরা অনি থওনদ্হুনা লৌন লৈনখিবগী য়ারীনা মেইন খিম্নি। মত্ত পারুরগা ইচেম্মানা ঐওোন্দা নোংমা হংই—"হেক্ পোকমিন্নবা মচিন মপুরা কাওবা লৌনবা য়ারবদি ঐখোয়গী কিভমসিত্ম য়াইদ্না ?"

মাগী মাওং অঙ্গমক্তি মামক্তি শোয়শিব জাংনি। অসুম্ অসুম্ তৌরবা ইবানিগী লৈনখিবা প্রেম অমদি হকচাংগী মখি অসি নকাশরমনখিরবা শুখোক ওখোকপা থবক্ চৎখনবে। অহল্ লমল্ থঙনরকলে। ইবানিগু জ্ঞান তারক্লে। অতুবু ইবানিসু ঐখোয়না তৌখিবা থবক্ অমু করে হায়বদি মখওট। ঐখোয়না তমলুরিবা লাইরিক্তা স্কৌখোয়কখিব। থবক্তা কাক য়াখা লৈনরকলে। লৈকায়গী মীনম্ম মুত্তক্ মুত্তক্ তাংখৎরকলে। অতুবু খঙন খঙন থাদোরবা ইতম্ ঙম্মখিত্রে। অতুম্ অহুম্ ওইরমক্ অহল লমল'শংগী চোপকসু হায়বহনা অমদি ইবানিগী তন্নরক্তবগদা ঐনা পদিক্কা লোইরগা বোম্বেদা থা অমগী Excursion অমা চৎখিরৈদা ইচেম্মা লুহোংলরলে। মাগী মিগা অহু এবং এঃ মি মাগী লুহোংগদবা সুমিৎ নিনি মার্থকলৈরা সুগী অমু লেখোকখিহনা শিখ তারবদা অমুবা নংনবা খিনরকপদা তান অমা চাহনা ইচেম্মা পীশিনখিবা ওইরমাক্লে। নহা কম্মোয়গা ওইবনে ঐদা হল্লকপদা ইচেম্মা লৈরমজ্ববদা ওইনহনা মাগীদমক্ত লৈরকপা শোং কাওবা পীখিত্রে। সুমিৎ অতুদগী মখোয়দ নোংম কাওবা চৎলুব্রে। অহুবু সুংতাইরক্তবদা হেল্লক্লনা নিংতোল চাক্তোবা সুমিৎতা পীখিবনি। মহুগীদমক্তনি হৌজিক্ ইচেম্মাগী খোকজিনা লাক্লাও অদিসু।

× × × ×

নোংমা সুমিদাংল্লাইরমনি। মতমক্ত ইচেম্মা ইবানিগী অচিকপা য়াম্ম খিনরকপা মতাংনি। সুংশিনরবা নিপা সুগী অনিনা পাম্বা অচিকপদি সুংখিল পোবোপ্ত কাওব অচিকপ খিনরিবনি। ইচেম্মাগী মনাক্ত চৎলমই। ইমাবোকসু লৈরমদে। ঐনা প্রপ প্রপ চওখিবদা মাগী খোংজিন হেক্ য়ৌবদা ঐ খঙলেপ্ লেপলমই। ইচেম্মা কম্মুংদা তুমহনা লৈরমই। কিভম্ ওন্থোক্ত কায়যে। তুমগ্রবনিনা মাদি খঙজমাক্লে। ফুরিৎ লিংতনা কি অমনা য়োমশিল্লগা পোংথাবদগী তুমখোকগ্রমালে মকি অহু হায়দোকখিহনা থবাক অহু ইহাঙ্ হাওলে।

শেৎলিবা কনেক্ অহুসু ইকোম কোমথোরকৃলমালে। মমঙ মহাদা ওহোক্ ওহোকপা মঙত্রা কৈনো। খোইদৌ মথাদা ইকোম কোয়া কৈলয়ে কনেকৃতুসু। মথোঙ্, কায়কলিবী ইচেম্মাগী তাংথক্ নাইয়বা হুকচাং অমদি তারমদাই সুমিৎকি মশেকি মায়োক্ত কৈল উ-যা হৌজবা চৌংদা, সুমিৎকি মশেক্ত য়ৈবদা লংখৎলবা চৌংহুমগুম্ কিন্নুংদা লৈজবদদা পাল্লবা অমৃতনা থল্লবা থবাক অনি অহু উবদা ঐসু স্বাই লাওখ্রে। মিৎকুপ্ত থল্লকই—থুনমক হন্দোকথ্রগে। অহুগীসু মথক্তা ইচে ……। অহৃবু করি থল্লুরবনো থঙদে ঐনা মাথল অমুক্ তৌরকপদা ঐ মাগী কম্মুং মনাক্ত লৈরমলে। মহুদগী হেয় খেংনরবনি থল্লুত্রা করিনো ? ইবেমা ঐসু মাগী হিদাল মচা অহুদা কম্থয়ে। হাংলিবা থবাক অহুদ মনাক্ত ভাবিবা কি অমনা কুপ্ শিন্বিয়ে। ঐগী খুৎ অনি অসিনা মহাকী লেংজুম্ অনি অহু পায়রগা মাবু হৌদোকপীবা ওইনা মশা অহু নীকলমই। খুদক্ অহুদা ইচেম্মানা মিকপ্ থঙথোক্ থোরকপগুম্ তৌনা ইথং থংনা কৌগৎকে তৌরমই। মশাদা ইকা কাজিনবগুম তৌত্রা করিনো ইঙক্ গুরু মমিৎ পাঙথোরজ্না থঙয়েং য়েংলকলমই। ইচেম্মাগী লুরবা মমিৎ অনি অহুনা ঐত্তোন্দ যায়া অঙকপা মিৎয়েং অমগা লোয়নন‍া য়েংলকলমই। ঐনা তৌকম্ থঙজহনা ইকায়বোই করিবোই কৌরমই—"ইচেম্মা।"

## ৬। "কলি যুগকী যম"

অদোম্ব করিগুম্বদা ইম্ফালদা সিনেমা য়েংবা চৎপ মতমদা সিনেমা হোল মমাঙদা পোৎকম পয়েং পয়েং কয় থেংনবিরম্বিগনি। ময়াম অতুগী মরক্তা, মমাঙদা মী লেপ্পা য়াদবী মচা অনৌবা চেন্‌বী শনবিগুম্ মনাক্ নক্লুবা খুদিঙমক্ত হাইগদবগীদ হোৎনবি গুপী অমা থেংনবিগ্রব্রা ? করিগুম্বা থেংনবিখিবা য়াওরবদি মতু ঐনি, অইত্তে কনা অমত্ত নত্তে।

ঐ সিনেমা হোল মমাঙদা পোৎকম্ কম্বি 'মালতি' হায়বিহুনি। পোৎকম্ কম্বি মালতি হায়নবু হায়বিরবস্তু নত্রগা কায়োন্‌বি মালতি হায়নবু হায়বিরবস্তু ক'রমত' কায়দে। ঐ করিমত শাওজদে। অদোম্ব ঐঙোন্দগী পোৎ পঙলৈ লৈবিরক্সব কাওবদস্তু অদোম্বু শাও-জয়োই। ঐবু থিনা হায়নবিরবস্তু ঐ শাওজদবা গুমলৈ। অহুন্ ঐনা তীঙ্_ শোক্লা শাওনিংবা য়াকম্ অমথক্তংদি লৈ। মতু তাবিরগা ঐবু অঙাওবিনি হায়বিনিঙগনি। অহুবু অঙাওবী হায়গে হায়বিয়ু মমেক্ শোয়খিহুনা অকাওবি হায়গে হায়বিয়ু ঐনা হেক্ শাওজবদি পোৎস্তু ইরৈ হেক্ লৌবদনা সাইকেল অমন্‌বি অমা পুরক্লগা পোৎমাঙদা হেক্ লেপ্পিররবা অহু ওইরবদি ঐগী অশাওবি হায়বহু লোইরে। ইপা পন্দুনা চৈবনকা মালতি ঐঙোন্দ নাচুংবিব জাৎ নত্তে। অহুবু পোৎমাঙদা থৎতুনা হেক্ লেপ্পিররবা মহুতনি ঐনা শাওজবা। কৈদৌবগে ঐনা হায়জবদি ঐস্তু ময়ামদা পোৎ খর খর য়োক্লয়ে হায়রগা ইচা লাইরিক্ তম্বিংদবা ময়াম, অহুগা মপা থবক্ তৌনিংদবা, কাংলৈবুং শঙবা, ইন্‌শাং অহাওবা চানিংগনবা অহুগা থাকচগদৌরিবনি। মহু গুমনবা পংহোৎ মহোৎনজবনি।

ঐ ইথস্তু নত্তে সিনেমা হোল মমাঙদা পোৎকম্ কমলিবসি। চাওবি, মাইপু, পিশকমচা ··· ··· মথোম্ব ময়াম অমস্তু মকমলি। অহুবু

মখোয়দি ঐগুম মমিং চৎচবা নত্তে। ঐগী মিংদি কন কজনা নত্রগা কন থিনা চৎখ্রে—পঙ্ক কবয়োমদ নত্রগস্থ। ময়াম্নদি ঐবু করিমত্ত হেক্ খঙব্রবোই নিঙ'বরমগনি। করিগীনো খঙদে ঐস্ন কন শাও-রয়োই মখল্লুই। অদুবু হেক্ত য়াদে, ঐগী মিছল অহ হেক্ত হৌরকই। মী অমনা ঐগী পোৎমাঙ্দা হেক্ত লেপ্ত লেপ্লবদদা ইথঙ্ খঙ্হৌদনা চিন্‌কা ওইনা হেক্ত হায়দোকাথ—"ইবুংঙো খঙিক্ত হনদোকপিযুবা।" মসিদি কনবু মফরি, য়াম ঈংবা মীকাস্থ মমাল্লি। করি করিগুম্বদম্থ মহায়দোকখি—"করি নিপানোনহে, মীগী পোৎমাঙদবু হেক্ত খৎপসিবো, অম্বুক্ চাওব্রিবা লম্ অসিদা লেপ্ল য়াব্রবদৌনা মীগী পোৎমাঙ্দদা খল খলহুনা লেপ্লবসিবো।" ঐগী শো শো লাওবা রাঙাঙ্ অহুদা মপুক্ কাবা ওম্বা মী পঙয়াম য়ামখিব্রি। ঐস্থ ঐগী রাহৈ অসি কনখ্রেসে হায়বসি হেক্ত মখঙই। অহুবু কাবা হেক্ত ওমহৌদে। হৈনখ্রবা রাহৈ রাতা পুখ্রবা চিনকা ওইরকলে। ঐগা মিছল মান্নবা মিপা ওইরম্লগনা তপ্ তাব মখৈ খৎলথোকপস্থ ময়াওই। খিরে মখৈ চৈরম্মগা চৎখিবস্থ ময়াওই।

নোংম, মুমিক্লাংগী সিকেমা হৌরমদাইনি। কাওব্ কাঙব্রিনে—মখোয়গী "জব জব ফুল খিলে" হায়বা কিল্ম অহ তৌরি। মতম অহুদা নিপা অহুম্ মরিথক্ চহীস্থ পঙলি লিরবা নত্তে পঙনৌম্থ নৌবা মাত্তে, কুনথ্রামাং মঙাম্নাক মীওই ওইগনি। সাইকেল্ অমমম্ ইন্নহুনা লাকলমই। মখোয়না অম্নম্ অশ্নব্ ইন্দুনা লাকপনা ঐগী ইপা অহ য়ৌরকলে। থেংলিবা য়েক্কপা লাই অহ য়েং য়েংহুনা লাকপনা ঐগী ইপা য়োবদা লেপখ্রে। ইসাইমখৈ চাওবিগী মপাদ লেপ্লদনা লেপ্তবা। খর খর খর হেক্ লাকপনা ঐগী ইপাদ হেক্ত লেপ্লবা। চাক চাবদা চাক ইনশাংদা শম্ য়াওবা য়াদে হায়বা মীতাকদা খল খল্দুনা শম য়াওরম্বহ মঙায়খ্রে। য়াদে হায়বা ঐগী ইমাংদা খল খল্দুনা লেপ্লবা। মখোয় মপা মপাদ লেপ্লদনা অহুস্থ নত্তবা সাইকেলনি

হায়দুনা নুকোকপি অমমমুগা কৈপাক কৈনা হেক্ত থকলবা। মঙ্গলাক ঐগী মচিং অমাংবি অহ হৌরকলে। অমম্ শমুবগা অমম্ শাওনিং অমম্ শাওনিং তৌরহনা হেক্ত হায়রকয়ে—“করিনো চৌথুংতোপোর পোৎমাওদ লেপলিদুনা, থম থম হন্দোক্লগদ্ব মরেপপিব্রু। সঙ্ক্ অমুক্ মায়া পাক চাওবমু ঐগী ইমাওদা তৌগে মতাংগী শন থন্দুনা লেমি-বসিমু করি থর্মনো?” ঐগী মাহৈ অহুনা নিপা অমদি অশাওবগী য়েনদেক্পন্ কাপ্লুবগা চপ্ মায়রে। ক্র ক্রং হেক্ত মশাওথে। অতৈদি ঐতোম্দ মমিৎ অহ থানা থানা য়েংলমলগা থৈদোকরে। অহবু ওনাইগী কা হের শাওমিব নিপা অহুনা খোক্ ওনশিল্লকনা হায়রকলবই—“নখোয়গী অহল্ লমরকা লৈরগ। লমদা লেপ্পরে, চপৎ চপৎ তৌশায়রুনা, পোৎ য়োনবিনেন মথাংবা অতৈগা ইমান্ হেক্ মায়রহুনা ··· ··· ইশৌ ইকল্ হেক্ কল্লহনা শক্তামক তা নাওবী হেক্ মাঙ্গিনা।”

ঐগী পুক্নিং লাকশিন্বা ওমগী শক্তি মাওরে। ঐগী হকচাংগী মকম্ অমদগী শাওহল্লবগী থুইন অমা থওনম্ নম্বকপওই। থাম্বী মাহৈ অহ তাবদা নিপা অহুনু শাওনিংখিবনা খুজিল ভয়া আসনা চোংশিন্দুনা মমাইদগী খোৎথব কাওমদা পেনগানি থাজরে। অহবু থওহোদনা চিন্দগী খোকথে - “করি নিপানোনহে, মীগী পোৎমাওদা লেপ্লরগ চাওরবিসিনো করি লরায়দগীনো, থনাবু মওক্ অহ পারহনা ইলংজুবা? থওদবা শাহুনা মীতৈ মচাসিগা।”

“করি তুপীনোমে সিনো ওহোক তুকচরে। মিহল অমবু তৌত্র করিনো। খনা অহ নখোয়গী নিপানো? ইল্গহুনে থনাবু, নখোয়ওগী মচিল কম করাব ইন্দালগী তুপী জাৎ জাৎ থেংনহনা লাক-লবনি। নখোয়ন কমলিবা পোংকম অসিবু নখোয়গী অহল্ লমরকা উরকপা লমনি কা হায়হনা শহুরবান ইবেম্মা?”

“চয়ৈহে, শক্তামকা লৈতায় শায়গা কিম খিনুব হেক্ মায়রহনা

বাজারদ কারক্লগা ব্যবহারনা নম্বুমদা থনমলগা লাকশারদুনা, নপায়া-রিমচাসিগা। নঙ্, ইমান্ ইমারবা ওইরম্মুদনা খঙঙোইদ্রেদো। নঙগুম নঙগুম হায়রে ··· ···।"

বাজার বায়বসিদি করিমত্ত ভৌবা য়াদে মীন হেক্ক ওমই। ইবান্নিনা লাওনরিবৈদা জ্ঞানবু তাহৌদ্রে মী ওহৈক্র য়াম্না তিল্লমলে। পুলিস মচা অমা অনিস্থ চঙলকলে। মহু য়ৌরবদি ঐস্থ হুলব য়াদ্রে খল্লহনা কমকমদগী চোংথোকলে। খ্বাংচেৎ অহ্ কল্ল লাকশিল্লে। ওমলিবা মীয়াম অত্তগী মরক্কগী করিনো হায়রকলমই—"মসি স্থুপী অসিদি থাশ থানৌ হৌবনি, কদায়দগী মাগা মারক্রিবনো।" মহু তারুবদা অমুক্তা হেন্ন শাওনংঙ্রে। মৈ চাকলিবৈদা পেট্রোল থাই-জিল্লকপহ্ মঙাইগ্রে। অহানবগী নিপা অহ্র কাওগ্রে। মীরক অহুদা মিৎকাসি ঈ কারহনা, য়েংলহনা হায়রমই—"করি! করি হায়রে, থাশি থানৌ হৌবা হায়রে। নখোয় নপা অহ্ননা শেমজিন্দুনা ভাওগদ্রা, য়ারক্কবা শারহনা।" তৌবদি স্থুমিৎ অহ্র ঐবু ঙাওহল্লগে খলগ্রব্রা খুঙদে অমুকস্থ ঐনা ঙাঙবা লোইকাৎত্রিবৈদা মীয়াম মরক্কগী অমনা অমুক্ ওকলকই—"মসি স্থুপী অসি লৌবা নিপা অহ্র মশক্ খঙনিং-গ্রেদা।" মতম্ অসিদা পুলিস মনি চঙ্লক্কুনা তান্থোকলয়ে। মান হায়রকই—"কারি তৌরবগে ইন্দোল্? লে, মী য়াম্না তিন্থৎলকলে, সিনেমা হোল মমা'গা ওইশিল্লে, মী চৎথোক চৎশিল য়াম্ন স্থুংঙাইত্রে। সে নকমদা কম্মখো লাকও শাওক্ররস্থু। মন্নামস্থ থম্ন থম চৎনরসি সে সে" হায়হনা মখুত্তা পায়রিবা চৈ অহনা ইন্ ইন্দুনা তানবা হৌরকলে। করিগীনো খঙদে স্থুংতিজ্জারগীদি পোৎমাঙদা মী লেপ্হন্দনবা হায়হনা লুপা অমমম্ পীজারবনি; ওসি পৈশা হায় হেক্ লাস্থোকহৌদবদা ··· ··· মখোয় অসিস্থ লাতম কল্পে। ঐনা মখোয়দা শাওয়ে করিনো অমা শোইদনা হায়রক্লনি খঙ্লহনা তোনা পুলিসনা হায়রকলমই—"তোকপিয়ো তোকপিয়ো ইন্দোল শাওবিক্রমস্থু মন্নামগুস্থ চৎনগ্রে।"

"করিগী শাঙ্গদনেগে, মীগী পোৎমাঙদা পুল্লপ, পুল্লপ্ লেপ্পরবদবো। নপা য়ানিমচা মখোয়না মন্তিক্ লৈরগ চেনপন্নুদনা মুপী ইন্তিক্ খঙ্গলমগদবনি। মখোদি লৈত্রগনা পৈশাঙ্গ পায়দবা মখোয়না লিনেমাগী অয়েকপা লাঙ্গিবু পঙরেং য়েংশাবদনা, অনুয়কপ লাইশি মখোয়গী মুপী শুইগে হায়রিত্র কৈনো; কংসু ফংঙরোইদবদা।" তোনা পুলিসতুসু নোকমি নোকমি তৌরমই। নোকপু নোকশাখিয়ে মখোয়বুনি ঐনা শাওনিংলক্কলিবদি। পৈশা খজিক্তং ফীনবদা লাল হেক থোকহনবা। মখোয় অসিদি মমঙদ কাওবা পৈশাদ হাত্রগনা লৈরমগনি। ঐসু ইকমদা কমন্ননা পোং য়োনবা হৌজরে। মুমিৎ অদুমা শাওবদি নেমখিরে। মুমদসু শাওনিং শাওনি' মখোয় পাঃজিগী ঙাক্রিজৌ অমাইব লৌব্দা ঙা মরক্ত মৈতাল য়াওয়মন্ননা শায়ন্তিজুরদনা তেজোং লাংঙত্তুনা শিবু শিরমগনিনে। ইস। মত্তুদ শিরম্মবদি ... ... ...।

পোৎকম্ কম্বি অমা ওইনা ঐ মিনম্বা কয়াগু অদুম্-মঙাই। ঙস ঙয়বা হায়বহুনি। মনা য়ামশিন্নেদা হায়বদা "মনা তাঙবনা টবুংঙোখোয়"—চিনকা পুরবা য়াহৈনি। য়ামদেদা হায়বদা 'তাঙবনা' হায়বা য়াহৈ অসি নত্তবা ঐখোয়গী পীনিংঙাই পাঙখুম লৈতে। শেংন হায়রবদা নোংমত্তা 'হোঙ্‌ক্ট' হায়ন্তনা কনাগুম্ব অমত্তদা য়াম্বা পীখিবা লৈতে। অদুবু মঞ্চগী অকায়বা লৈতে। লাইরিক্কসু য়াই হায়নৈ—অপাম্ব মুপি থেমন্ননা য়াহুয়বা হোৎনবদা শকখিবা য়াশক অমদি ঙাঙখিবা মীনম্বা, পোৎকম্ কম্বিনা শকপা য়াশক্ নোংয়োক তাদে। ঐগী শিনকমগী মতু' ইয় মরক মরক্ত মীনম্ব ঙাঙজরবসু ঐ মীচ্চী মাঙনবদি তৌকয়ি।

অদুবু নোংম মুমিদাং অমগী য়ানি। পুংসু তরেৎহল্লায় ঙারে। মুংথিলগী সিনেথা লোইখিবগী মীয়াম কায়বা লোইনখ্রে। মুমিদাংগী হৌগদৌরে।

মুমিৎমুগী অয়ুক্তগী চাক ঙম্বা চায়গা শাইগৎলকপনি। নুপা

কুনমঙামুক্ শিংলে। কুমৈ মুমিৎ ওইবনা মীস্ম কন কুংই। মতম্ অসি পাঙলদা মচা নিপামচা চহী ১৪/১৫ য়োম শুরম্মগদবা অমা য়াম্না থুনা পোৎ লৈবা চঙলকলমই। মহাক নোট অমা খাদরগা পানামা উপু অমগা কা মতপ অনিগা লৌরমই। মহাক্ য়াম থুরমই। মাগা লাকমিরবা মমারবা চৎখৎপ্রে। ঐনা লুপা ৮গা পৈশা ৫৫ হল্লমই। মাস্ম মাগী মী চৎখৎখিবা মাইকৈ অদোমদা য়েংলগা ঐনা হল্লিবা অচোইব অহু মমিৎন য়েংদনা ফুরিৎ খাওদা অহুম্ হাপচিন্‌প্রে। প্রপ প্রপ চেনখিবমই। মানা চেনপ্ররদা ঐনা মাগী পৈশা অহু লৌশিল্লমই। পায়খৎলুবদদি লুপা মঙাচৎপি নোট অমা ওইরমলে। ঐদি লুপা তরাচৎপি ওইরবোই নিংহুনা পৈশাদি অমৈব মখৈ হন-দোকপ্রে। খাই হেক্ লাওই। কোকচাওবী কাপ্রে। মতেক্ পাইদগী শাগৎচরগা খরদং তোংবহুনা কারজরিবা ঐখোয়দা অহুক য়াম্ন মাঙ-লবদি করম তৌনি খল্লিভৈদা পাইরক্কি উপায় অমা লাকলমই। ঐনা চৌগৎতুনা 'পৈশা লাকপ্রে' 'পৈশা লাকপ্রে' হায়হনা লাওরগা চেনখিব্বা অঙাং অহুদা খুৎ থিল্লহুনা তাম্মরমই। ঐনা অহুম্মা তৌব অহুদা লাপলগ্ন লৈরম্বা পুলিস অহুনা হুইশেল্ বি বি খোংলহনা চেল্লিবা অঙাং অহুদা তাম্নপ্রে। অঙাংদি অহু থঙজদবনিনা মমামবা চৎখৎখ্রিবশিং অহুগী মনাক য়োরহুনা তপ্প চৎলম্বদগী য়েংথোরকলমই। অঙাং অহুগী মনাক য়োখিবগা পুলিসশিং অহুনা অঙাং অহুগী লরাই লুতোনগী অশাংব মশম অহু পায়হুনা চিংথুরগা মখোইনা পায়রিবা চে অহুনা হায়-থপ্রে। মতম্ অহুদা মী য়াম্না হুপচিন্‌খিহনা উবা ফংখিদ্রে। ঐস্ম মকম অহুদগী হেক্তিদ্রে। ময়াম্না হায়নবদা অঙাং অহু মকোক্ত থারুহুনা মকোক্ কায়প্রে, ফুরিৎস্ম ইশে শেগাইপ্রে হায়নৈ। ঐস্ম মখোয়না খোকপ ময়াইন তৌজরনি খন্দুনা পোৎকম খাদোকপা লুংঙাইতহুনা হৃঞ্জিন্দুনা কমহুনা লৈরমই। ঙাইহাক লৈরগা পুলিস মনিগা তোনাপা লাকলগা ঐঙোন্দা লুপা তরা পীরম্বে। অহপা হায়মকই— "লুপা

তরা অসিনা ইন্দোলগী, লুপা অহুম মখায় অলিনা ঐখোয়গী ......
অঙাং অহুম্ন 'বীট' তাম্ন পুথ্রবনি।"

ঐ শেলহু লৌদি লৌচৌরে। অহবু য়াম্না লুংঙাইট্রিবদি পুলিস অনি অহুনা লৌখ্রিবা পৈশা অহু অহুম্ মখায় থক্ত ওইরমগনি থাজদে। অঙাং মরালস্ন লৈজদবা অহুবু ঐগী পৈশা থরহুগীদমক্তা তাম্নগনা ফুবিহুনা মকোক্ন থুগাইবিরে। থোকখিবদি ঐনা মিৎ ল্লবদগী থোকখিবনি। মহুমক্তা ঐগী টচাদা থোকলবাদ ঐ কায় তৌগ'ন? থোকলোই হায়বস্ন লৈতে। অহুবু ইথক্ত পুলিস'শিংহুবুস্ন নিন্দা তৌখ—"পুলিস নখোয় অসিদি ওন্থোকপা থম্মোয়নিদা। কয়াম লাক খবনো, করিনো কাওবা হংদনা মীগী অয়াওবা শেল্ পুম্ব হেক্ত লোইন লৌথোকপিবদি। অঙাং অহু মকি মরোলস্ন পংনাল নান্দে। পৈশায়ালি য়াপেমথৈ গুজরুরগা ময়ুমমদা মমা মপা থাক্লনবা পুক্ষরকপা শেল্ ওইরম্নবাদ কনাগী মরাল ওইগনী? ঐগীবা, পুলিসকিরা নত্রগা অঙাং অহুগীরা? পুলিসকি মরালদি ওইগদ্রা? থাজরক্তে। মখোয়দি অহুগুম্ব অহু ঙাক্লনবা, শাস্তি ওইনবা থম্বনি। তোইন থেংনরবনিনা মীগী মপোৎ লাকলুবা অমদি হুরাল্লুবা মীবুদি মখোয়ন হুংশিকম্ থোক্তে। অকোনবদা ঐগী ইরাল ওইব তাশ্রে।

ঐ থরায় মুংঙাইত মুংঙাইত ঙাইহাক্ অমনা কৈনো অমা লৈ অমগী পোৎ থর তম্ তৌহুনা কাওরকলে। অঙনবগী সিনেমাগী মীনা লোইশিল্লকপা অনৌবনা চঙবা তথায় চল্লকপা অহুরাইদনি। মতম্ অসিদা মখারোমদগী 'থংলো থংলো' হায়হুনা হুইশেল খোংর্দ খোংলহুনা তাম্নরকলমই। চেল্লকলিবা মী অহুস্ন উরে। মহাক্ত মথুক্ত থুগ্রি লংঙ্রবা অমা পায়রগা চেল্লকপা অহুদা কনামতনা চংলুবা ঙম্রদ্রে। প্রজাগা পুলিসকা মায়হুনা পূকচেল্ তিন্নরবদবু ইরায় লায়না কাগদবনি। অহুন লেপলিবশিং অহস্ন অতভাই ভানিংদহুনা কনা অমতুনা মাবু কাহনগে হোৎনবিদ্রে। চেল্লকলিবা নহা অহুনা ঐগী

ইনাক য়োগদবা লম্মুক্ক ঙাইরব কাল অদুদা য়ুম শকমদগী পুলিস অমনা ম.গী চৈ অদুনা থাগে হেক্ তৌবদা চেল্লকলিব। অদুনা ঐগী পোৎকমদা থৈজিল্লক্তুনা মখোঙনা চেনগাও কাওয়রগা চেনখ্রে। অদুগা গলি অমদা লৈশিন্‌খ্রে। হয়ে হয়ে লোইয়েদনা পোৎ পুম্নমক্ চাইখ্রে। ঙরাংদগী কুইস্ম নুমিৎনি হাযদুনা শাংদুনা লৈজরকপা কমলাগী মহী লিকলি মরি অদু পুমকায় কায়রে। অচোইবা অপাগী পোৎ পুম্নমক্ খোক উপখ্রে। লোৌব য়ারিবদি চুকট উপু খরদ মঙাইরে। মদুস্মু খুঞ্জিন্নখিবা য়াওবমালে মশিং শুংজ্রে। ঐগী পোৎকমদগী চায়খোকখ্রিবা পোৎয়াম অদু য়েংলগ ঐ কপনিংলকপা অমা পোকলকলে। অঙাং অদুগী মপা মপু থুম্ন চৈরে। লুকমাই অদু পুল্লপ শিংপ তারবদি লুপা চাম্মগী ঙকয়াগী পোৎনি। অদুবু চুরুপ, উপু খর কংদুনদি কৈদৌনি। অঙাং অদু কারমলবদি শিংতল্লমলবস্মু মযাবনি। অদুবু মদুস্মু মকাহোৌজ্রে। করিনো পুলিসশিং অসিনা তৌরিবাসবো অসিদ কাওবা কাবা ঙমদে। নপা য়াম্নিমচাগী শকখিবা পুলিসশিং অসিনা তৌশারিবা মীনা ফুন চৈনরিঙৈদদি খোয়কপা হৌনদে। মীনা ফুন চৈনবা লোইনগ্রবা চেনগ্রবা মতমদদা খোরক্কদবনি। নুমিৎ অদু থিলহৌ থিলহৌ শাওনিংখ্রে। মখোয় মপানা য়েনশাং তাঙ্‌ক্ত হায়দুনা ফুদুনা ইপাম য়োৌব নুমিৎতুদা নোংমা শাওনিংখিবা অদুনকা শোকখিজ্রে। নুমিৎ অদু ঐ কপ্প কপ্প য়ুমদা হলখি। মতুংদা অমুক্ পোৎকমকা কমলগুসিরা কাওবা খলখি।

নোংঙাল্লগা ঐনা খলখি। ঈশ্বর হায়বসি লৈতবদি নত্তব লাৎ ওইরে। ঐনা মরাল লৈতবা পাঙল মচা অদুদা কত্তবা তৌকদুনা ঈশ্বরনা খুদক্তা ঐগী মাংলনবা তৌরকখিবনি। ঐনা থাজৈ, শিরগা যমদা, হিংলিঙৈদা যত্তবা তৌক্রবগী লাক্রবা হায়বা অদু তৌররোই। খুদক খুদক্তা অদুম মকংলে। যম হায়বা অমা অমুক্ লৈরম্বা হৌনজ্রে। ঈশ্বরনা ঐখোয় খুদিঙমকপু চপ মান্ননা নুংশিরমগনি। অদুনা অতোনবা অমদা নুংশিদবা থিনা তৌবিবা অদু ঐখোয়বু শেম্থিরকপা মাগী মকমদদি নুংঙাইহকম্ খোজ্রে। মদু খঙহন্নবা ঐঙোন্দ ঐনা তৌজবদুগী ফল পী.ববদান।

---

## ৭। "লৈখা তাবগী অরোইব থাক ঐ"

ঐগী ইমিং বিনো কৌই। ঐনা খ্বাইদগী পামজদবা মিংনি ঐগীসি। পামজদবগী হাবকরবদি ঐগী মিং বিনা কৌ হায়রহনা তাকলকলিবা পাঙ্গি অহু ফাওবা ঐনা অচুম্ অয়ান খিদনা দত্তি তৌবা ঙম্বা মী অমা ওইংম্লবদি মতাক্ শোয়দনা পিক্তকপা দত্তি অমত্তদ ওইরবস্থু ক’জমগনি। ঐনা ঐগী ইমিং অসিদা অস্থক্ য়াম্না শাওনিং-উরিবা অসিগী মবমদি বিনো কৌবি অয়াম্বা মমিং চৎলি। অফবদা মামং চৎপাসি প’খেং খেংনদে। অমদনি খঙদে অমদনি খঙদে মমিংদি হেক্ক মচৎলি।

মীওইবা ঐখোয়গী মিংথোল অসি খস্থক্করবাদ য়াম্না নোকনিংই। মমিং অহুগা মী অহনা তৌখোরকপা ওইথোরক্পগা য়াম্না খিন খিন ফাক্ লৈনবা থেংনৈ। ঙোঁগ্রাব গুপীমচা অমদা অমুস্না কৌরম্ব ময়াওই। মহুম ইকায়নিংঙাই লৈতে। মীন হেক্ য়েংবদা কিনয়বা, মশকস্থু হায়নিং-ঙাই লৈতনা থীরবা, মমাইস্থু তঞ্জিল হঞ্জিল চামলাবি অমদা প্রেমলতা নত্রগা স্নেহলতা নত্রগা স্থন্দরি কৌরম্ব থেংনৈ। মিং অহনা গুপীমচা অহবু কয়াদ ইকায়বা পীরিবনো। লক্ষ্মী কৌবি লাইরগ্রবি ঐগী ইমাগ্নাব লৈ। মীওই মীতৌ ফজ্জগ্রবা য়াং চাওগ্রবা নিপা অমদা পিশক্ কৌবস্থু লৈ। হায়নিংঙাই লৈতনা ওকাখিত্রবি অমদা নির্মলা কৌরম্ব থেংনৈ। ঐখোয়গী হেক্ অরাংদস্থু কোষ্ঠি য়েংলুবদ মপোক্কী ওইনা খোগ তৌহনা চাও হাববা লৈ হাবনবা নোংমত্ত অচুম্বা ঙাংদে হায়বা য়াবা 'য়াম' কৌব লৈ। কৌমনবদগী ফুবাক্করহনা য়েংবদা য়াশি খোঁগাংনরবা, শেলস্থু চঙনা, য়ানস্থু শাজরবা থাইনগী কা মঙাগী যুম-জাও লাইখল তাবঙমলবী, মমাইস্থু কৌরামুক্ পাকলবী, মরেংজুম্না ইরোইগীগুম্ খোল্লবী ফুথাক্করবী মওং মরিল নাইদবী অমদস্থু থোইবী হেক্ মকৌরমই।

অসিগুম্বা ওন্ন তৈনবা ময়াম অসি খন্থকয়বদি নোকনিংঙ্ই। তৌববুদি মী অমদা মমিং অমা পীশিল্লগা মমিং অদু কৌরবদি মীহুদু খঙনসি হায়বগী রাকমুলোমদ খন্নরগবুদি ওন্নরিবা অহ পঙনোক্ নোক-নিংঙাই লৈতে। অহুবু অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু ঐনা থেংনখিবি বিনো কৌবি অয়াম্ব ফাওই। ঐসু মিংনগা বিনো কৌশিল্লে, শিন্কয়গা নস ওইশিল্লে নস বিনো হায়রগা ঐবু খঙদবসি ইম্ফালদাদি চহী কয়াগী মমাঙদগী সাধু সন্যাস ওইহুনা মযুম্ থাদোক্প্রবা মীওই অমা নত্তনদি পংলৈ লৈরম্মরোই। ঐবু খঙদবদি ইম্ফাল নহারোলদদি মশিং থিবা ঙমখিগদবা মাল্লি।

হৈশা থাগৎপ ওইঁনদি থোক্লগঙ্গা খঙদে ঐ ইশকসু ইঙুন্সু করিমত রাৎতে। ঐগী ইশক্ অসি ইথস্তনা য়েংজবদা উজ্জ্রবসু মিংশেলদা করিদ উব কাওবদাদি কন কজবা শক্তম অমা ওইগঙ্গা থল্লি। অলবর্টো মোরাভিআনা সুপীমচা অমগী কজবা শক্তম্ য়েকপদা চঙদ্রবা য়াদ্রবা পোৎচঙ্, কোইতক্ তাবা নিংহু, কোইরাঙনবি মিস্না অমদি কেয়ার কম্প্লেক্সন্ হায়বহু ঐখোয় লৈকায় পাথংশিংনা ঐগী মরমদা ঙাঙনবহু তারহুনা মহাক্ মশামক্ল ঐবু য়েংলগা কজবগী শক্তম্ থাখিবা ওইরমগনি খল্লরিবনি। ঐনা কুপ্মৈ ফিংযোং চৎপগী কে-থোং-তুনা নোংফাদোকা সড়ক্তা চৎলবাদ ঐবু য়েংঙম্দনা চৎখিবা পাখঙ অমদি মীওই কন তাংই। ঐহুবু জগৎ অসিদি শক্ ঙাক্তনসু চৎনবা য়াদে লমচৎ হায়বা অমা চঙলি হায়বসি ইশামক্ল খুদম্ অমা ওইনা খঙজয়ে।

মরমদি ঐ ইশামক্ অসি লৈশাবি পুংকক্ ফারফপদগী হৌনা লৈকায় পাথং মচাশিংন ইতৎ হেক্ তৎতনা লঙনৈ—"নহাক্থক্ত লৈকায় পাথং য়াম্না কোক্কাই লুকাইনগদৌরিদা" হায়না। ময়াম শক্ কজে হায়নব অহুদগীনি খঙদে অমদগীনি খঙদে ঐসে ঐগী শক্তিদমক্ত নাপল থয় থয় ইশাদ পক্পা হৌরকলে।

ঐনা ক্লাস আটট তম্ব কাল মতুংদদি নচিল বি হায়নি খোজাল চেক্ খোয়রকপদগীনা তম্বাস্না স্কুলগী খোজাল য়োৎবা কাওবা অসি নিপা ইশুং ইমায়ব অসিনা মাগী মাগী রিজাল্ট তৌননবা ইরমবনি। মশক্ কজবা মশা নালঙবা কয়ানি। মশক্কি কয়া য়োক্লদবা মমাইদি খর মকপ্লবসু কোক্নাইনি। ঐনা থল্লবদি নিপাশিং অসি লোইনা মমাই কয়মগনি অসিনি। অদুবু মমাই শোক্লখবা মীওয়্রখিজবসু মরৈরমই। ইমায়বিশিংদকাদি পাওদি মচেৎরকপা অদুবু নোংমত কাওবা মমায় অঙ্ক নিংথিনা পুরনা ঐওেক্লা য়া অমত্ত কাওবা ওাঙ্জবা ওমদনা চহী অনি তুং ইরগা তোকখিবা য়াওখি। অদুবু অমন করিনো হায়রম্ অমনা করিনো অমা হেক্ শোক্লম্ তৌহনা পুক্নুং অসি ইরাং লাওনা লাইরিক্ খর খর নাওানরকপা হৌরকই। তশেংনমক্ ঐওোক্ল ঐগী শক্ অতুনা পাপ্ ওইখি ; লাইরিক্ তম্বদা য়াম্না পুদেওঙ্ চায়ক্কে। ঐখোয় ইশানা কতুবনয়া নিপানা কত্তবনয়া নত্রগা সমাক্লনবা খওদে হৌজিকসু শক খর হেন্ন কজবি মুগীমচাশিংদি লাইরিক্ তম্বদা য়াম্না খোওলোই। ঐনা ইকায়বা খক্লদনা পওোং ওাঙ্লক্লা হায়রবসু মরামসু অমুক্কং য়েংবিয়ু কলেজদা বিঃ এঃ অমোইব কাওব তম্বি ছাত্রিশিংগী চামদা কয়ানা মশক্ কা হেন্ন কজবা য়াওবগে হায়না।

অদুবু কজবগা মুংশিবগদি তোক্তান তোংওানবা লম্নি। কজবা শক্না অপাম্বগী লম্লোমদ চওুনা য়াথলদা তিজনখি। মুংশিবনা থম্মোই-মুংগীনি। মশক্ কজবা, মমাই নালবা, ইনাক খুনবা, ইতং তংতনা হয়া, স্কুটর জিপনচিংবা কয়া পুন্নুনা ঐগী ইমাওদা গপ্ তৌরবশিং অদুবুদি ঐনা পংয়েং য়েংনিংউক্কে। ওম্মোক্পা থম্মোয়নি। ঐনা ঐগী ওইনা মুংশিজক্লায়বদি ঐখোয়গী লৈকায়গী অদুক্ হাক লৈজবসু নত্তবা শ্যামানন্দবুলি ঐনা ক্লাস নাইন তম্ব কাল্দ মহাক্ বিঃ এঃ তমলে। মোক্রক্ থাগদবা, থাগদবি খর খোমজিন্নগা লাইরিক্ তখিল্লনা শেঙ্ খর খর তাক্লরগা লাইরিক্ তমজনি। মাগী মপুক্চেল শেংবা

মীয়ুংশি, অমদি নোম্ব কনবা অহুদা ঐনা পাযজরুবনি অমদি ঐগী ওইনা য়ুংশিজরুবনি। মঙোন্দ চেন্নিবা গুণ, অহুদ য়ুংশিরুবনি। মহাক্পু ঐনা লোম য়ুংশিজৈ হায়বহ মানা খঙজবস্থ মানা কম্নি- শুম্বদা ঐঙোন্দ য়েংলকপদা তোপ, তোপ্পা ময়েং অমা য়াওরক্পহ্নদি খঙহমগদবা মান্নি। মহাক্পু ঐগী ওইনা য়ুংশিরুবদা অমুক হেন্ন খম্মোয়দা পেঞ্জিবদি মাগী মমিৎ অহুনি। করিনো খঙদে মাগী মমিৎ অনি অহুনা অহুক য়ুংশিরুরিবহু। তশেংনমক্ মাগী মমিৎ অনি অহুগী মমাঙদদি খেংথ্রবা ঐসি হায়কম্ খঙদনা তে। নোংকাদোক লম্খেলদা মাইগ মাইগ ওনশিন্নহুনা খেংনরবস্থ মিৎক মিৎক কম্নপ্ কম্নপ্ য়েংনবদগী হেন্ন কৌনরুবকাস্থ তৌনদে। মমান্নবা কয়াগা চৎমিন্নবদা ঐখোয়গা খেংনবদা ময়াম লঙ্নৈ অহুবু মাদি নোং- মতস্থ লঙনজয়কপা ঙমদে। মমাই ওম্হোক্ন শোঞ্জথ্রে ওম্হোরু য়ুংশিথ্রে। ময়াম লঙনবহুদি য়ুম য়েরকপদা কাওখি—কাওদনা খম্মোয়দ লৈ- হৌবনা মাগী, অয়োনবা, ময়োলদি খোক্ত্রবা আর্থদি লৈববা মিৎয়েং অহুনি। ঐনা মাগা কোইনদবি ইমান্নবি অমদা মাবু ওম্হোক্ন য়ুংশি- জথ্রে হায়ন হায়হনখিববু মানা নোংম হায়রকখি— "বিমো, ঐখোয়- শুম্বদা বিনোনা মাগী ওইনা য়ুংশিবিবা ঙম্গদবা নত্তে। মশক্ কজরবা ইনাক খুন্নবা মী কয়ানা মতুংদ কোইইন্ ইন্নশিপোৎনি। মানা ঐবু য়ুংশি হায়ন্নিবহুদি চুম মবুং মপুন্না অমা ওইনা, মখোয়দস্থ লঙন- খোৎনবকা তৌবিদবহুদা হায়জন্নিবনি। ঐ মাগী রাহৈশিং অহনা মঙকলে। মাহাক্না কয়াদ চম্ন লৌন্নিবা। মহাক মশানা মশাবু ওম্হোক্ন থাক হম্বনা লৌথ্রে। ঐবুনা থাজৎলিত্রা থাংদন্নিত্রা অমা তৌই। তশেংনমক্ মাগী রাকম্ অহু ঙক্লিংঙাইনি। ঐনা হায়জরিবসি ময়াম্নদি ঙকৃলনি — ঐনা মঙোন্দ হায়ন্নিব অম্নমা ঐবু টম্নরকলিবা মোহোনদনি খঙদে, ইমোচাদনি খঙদে, প্রমোদতনি খঙদে অমতংদ হেক হায়দ হায়রুবদা ঐগী খম্মোয়বু লাংথান্নলবা চিঠি অসিনা হাওপোৎ তয়েং

ইরক্লগদবনি—ঐনা চিঠিশিং অঙ্গ য়াম্না পাম্মুবগী র' নত্তে। অনৌ অনৌবদা ঐগী ওইরগদবনি। অহবু ঐগী থম্মোয়নদি মগু ইপাম পামলুদে।

তৌবদি ঐগু শ্যামানন্দনা হায়রকলবা সেন্‌টেনস থর অঙ্ রার্ড রাই রার্ড আর্থ তৌগুনা য়েংবদা থর ওক্লপ থোকই। মানা হায়রিবহু ঐ শক্ কৈজে; শক্ কজবা, হনাকথুনবা মচা কয়ান ঐবু তায়রি, মহুগী মরক্তা মাগুম কয়া লৈজদবা কিজেং কয়া মনাম্দবা শেল পায়জদবা মীনা য়াওরুব ইকায় হায়নগী রায়া? নত্রগা ঐ শক্ কৈজে, কজবদবু পামমম্‌গনি হায়না ঐবু হন্থনা লৌবগী রায়া ঐ ভাব তাদে। মাগী রাহৈ অহনা অপওবি ঐগী রাখল্‌দাদ মাবু থাংথরিত্রা ঐবু থাংথরিত্রা অমদি ওইরে। "মহাকি থম্মোয় অসি লৈত লাইরগী কল্‌লবা নোংলৈ মুংশিং অমনা ফুখিবদগী কম্‌প্লেক্স অমা শকপ্রত্রা থল্লি।" তৌববুদি ঐগী 'অনালাইসিস'তগী তারকপা কল্ অসি ব্যাকরন কয়া হৈতবি ওইবনা শোইরঘম্ম থঙদে। অগুম্ অগুম্ ওইনমক্ শ্যামানন্দদি মুপীমচাশিংগী থম্মোয়গী অয়োনবা মুংশিং মুংওনগী ব্যাকরণদি কয়া নৈনবা জাৎ নত্তে। 'য়োই এণ্ড ওয়েব'কি গ্রামারদনি মানা কজনা নৈনবদি। 'য়োই এণ্ড ওয়েব' অমদি 'ন্যেশকিল'গী গ্রামারবুদি এক্‌সেপ্‌সন কাওবা থঙই হায়নৈ। ইনথংলকলিবি মুপী-মচাশিংগী থম্মোয়গী অয়োনবা ব্যাকরনবুদি, এঃ বিঃ সিঃ কাওব থঙজদবা জাৎনি। পুম্‌বুম্‌ন চফু শারক্লিবি গুলাপকুম থম্মোয়গী লৈখোক্ত পানবা তিংখংনি মুংশিবা হায়বসিদি। প্রকৃতিনা পীনয়কপা ওইজরবস্ম তিংখংনা গুলাপতা ওইবগুম মুংশিবনা নহা থম্মোয়গী পাপকী মশক্লি হায়বসি মাদি থঙজম্মোই। নোংকাদোক্ত মাগা ঐগী উরবদা ঐগী থম্মোয়দা কাওখিবা মুংওইবা অমদি অকায়বা তালদা চোংখিবা মিহুজ মহোম্দদি কাওখিদবরা থঙদে। তৌবদি মানা ঐবু চিংনয়ম-গদবা য়াকম্ অমদি লৈ। ঐদি মী কয়া কোইদে। নিপামচাশিংবুম্ম

মখোয়না নিপানি ঐনা সুপীনি হায়বসি থোকটন হেজিন খল্লুদে। উশা অসি রিজার্ভ কয়া তৌশন্দে। সডক্ক কয়দসু অঙ্গম্ রারী রাস্তায় শাহনা চৎমিন্নৈ। থুদিঙমক্ ইমাগ্রবগী ভাবত লোই। মঙ্গ মাদি কয়া য়ানিংদনা পীগুম্ গুকলপ উই। সুপীমচা ওইবগী লিরি খোইরিবঙ্গ মা পামজবা জাৎনি। ঐদি মাগী থম্মোয়সুংগী অরোন্বা ব্যাকরণ অয়ু উবা ঙমই। অঙ্গবু মাদি ঐগী মপালখোংদ চেল্লিবা অঙ্গগ মাযদবা সুংদ চেল্লিবা অরোনবা শেংলবা রাখল্ অঙ্গ উবা ঙমদমালে। অশেংনমক্ মা হ্যুমেন সাইকোলোজি কয়া খঙদবা মাল্লি। মসিনা ঐগী রাখলনি। সুমিৎ থা উবা হানবা অমদি লাইরিক্ হৈরবা ওইথনা মানা থন্ব রাখলনা হেয় চুন্লদসু খঙদে। মানবু চুমলবসু ঐনবু চুমলবসু ঐনা মাগী মরমদা খঙবা অমদি মাগী থম্মোয় অসি কয়া নৌদে থুনা হসুগনি, পাখং কাদনা হসুবনা হানগনি। নহা ওইবগী ঈথক ইরাং কয়া য়াওদে অসিনি। মসিনি ঐগী, মাগী মরমদা তৌরুবা রিশার্শগী কংলকপা কাইনদিংস। অঙ্গবু গাইদ য়াওদনা তৌরুবা রিশার্শনি ডাক্তরেট পিবিনব থরদি তাংলনি।

মান য়ানিংদ য়ানিংদনা ঐনা ইমা অমুক থা অমদ অমুক হায়জ তৌজঙ্গনা ঐনা মেট্রিক থাবা কান্দ মাবু লাইমিক তম্বিহাল্লি। মহাক্ য়ানিংদ য়ানিংদনা অত্তম্ নম্বোত পোক্টগ্রবনি। অতোপ্পনা মানা কংলিবা তাঞ্জা অঙ্গ কংননবা হোৎনবদা কংনিজ্রবনি। ঐনা ঐগী অঙম্বি মিৎ-য়েং নায়েং মীনোক লাকনোক কয়া তৌজঙ্গনা মাবু গুমহৎনবা কয়া হোৎনজৈ। অঙ্গবু ঐনা ঙকপদি মাগী থম্মোয় অঙ্গনি। তৌববুদি ঐনা শিজিন্নজবিবা থুৎলাইশিং অঙ্গগী মপান মানা ঐবু ইন্টমেষ্ট সুকলৌ জৌরমদবদি নত্তে হায়ব কাওবদি খঙবা ঙমলে। ইম্যাগ্রবশিংনসু ঐবু কন কজনা পাওখোকপীয়ে। লৈকায়নসু ওথাক্ত ঙাংনবিয়ে, রা রা লাওনয়ে। অইবু ঐনা সুংঙাইত্রিবদি মরাম অঙ্গক্ ময়োনা ঙাংলমব-কাওবদা ইবাম্নিগী মরক্তাদ সুংশিনবগী অহানবা পায়া অঙ্গ কাওবা জৌথনল্লি।

ওজা শ্যামানন্দনা নোংমা ঐঙোন্দা ইরকখি। মহাক পাকরগা ইথক্ত কপ্নিংলকাখি। ঐনা মাবু থল্লুবকুদি মানা ঐবু থব্বিরম্বন হেন্নখম্ কল্লরগে। মাগী রাখলদি ওস্তোক্ত রাংলমগে। মহাক্তি মানা লাইব্রিক তম্বিবা মুপীমচাশিংবু মরাকমক্তি মচক্ক্ষুম্ থন্বা ওম্লমগে। অহংগুম্বি, মহাক্ত জ্ঞান তাকপিহনা লমজিংবিরিবি মখোয়দা মাগী ওইনা লুংশি লুংওনগী রারী হোৎহনা রিজার্ভ তৌশিন্খরু কয়া পামলমদবা জাংনি। ওঝাদি মাগী ওইগে হায়না থনবি, নত্রগম্ম মানা আশা তৌবা মুপীমচাশিংবু লাইব্রিক তম্বিনিংলমগে। মখোমদগী য়েংলুবদা মহাক্ত ঐবু তশেংনমক লুংশিবিরমই, মাগী ওইগে হায়না থন্বা মুংলি মুংলিবা আশা অম লৈজরমই। অহনা মামা ঐবু প্রাইভেট তম্বিয়ু য়ারমজ্রবনি। অহবু ড্রামাগী সিনগুম্বা কয়া অশেংবা পুন্সিদা হাপচিন্দুনা মাগা ঐগা মার লৈনবা ওমাখি। মসি ঐগী ইকায় ইকি খঙদবা এগ্রেসিভ ওইবা অহুগী মপাম্মনি। নিপাশিংগী মরক্তা মাগী কেরেক্তর অসিদি য়াম্না আইডিএল ওইগ্রা হায়না খল্লি। করিগুম্বদ হোঙ্গ্লম থনমনখিবনা ওইগদ্রা—মাগী মপুন্সি আস আইডিএল ওইমন্‌খিহনা মুগ আসদা মীওইবদ রারগদ্রা চিংনৈ। অহুবু ঐনা লোঙ্গাখিব পাট অহু নিংশিংলুরগা ইথক্ত কারিগুম্বদ ইকায়রৈ।

মান লাইব্রিক কন তম্বিহুনম্ম ঐনা মঙোন্দ কন তমজানিংহনম্ম ঐ মেট্রিক্ত কেল অনিরক্ নমগুং নমওট ওইখি। ঐনা আনরক্তুব কেল ওইবা কুম অহুদা ঐখোয় পাজি লৈখিরে। ঐখোয় পাজি লৈত্রবদ ইমানা ঐবু মাগী থবক্ মতেং পাংহনিংলকলে। শোগাংন চিংবা শোয়বা হোঙনবদা লৌ মচেৎ থমদং লৈজরমম্মুম্ম য়োম্মোকখ্রে। মাণপুরি হিন্দু'শ' অসিদি শিহৈ নাইহেরে। করম্ব, পুন্সিগী ব্যাকরন্ খঙদবা ভূত. ভাবষ অমদি বর্ত্তমানবু উবা ওমদবা পণ্ডিতনা হৌদোকলম্বনো? মী অমা শিখবগী রানহুনা লৈরিরৈদা অককনবা হুমিং অমসু অমুক্ পীরপা মী চামগা চাতরক্ অমসু অমুক্ মপূক্ থজ পীজবা।

তারকলি। ইমা ইপা লৈখিদবগীবু রাগত্রা লৈকায়গী মী পীজনব লৈতবগীবু রাগত্রা খঙলক্ত্রহুনা চৎনাবিনি নিয়ম্নি হায়হুনা লৈজরম্বা লো অহু য়োংহোক্তুনা ইপাগী কর্ম্ম লোইখ্রে। ইপাম্মু লৈত্রে ইরোল-ইরাংসু তাকলে। ওস্থোকপা মাণপুরি হিন্দুশিংদ তম্বিরম্বা আইনি। অহুবু নবদ্বিপ নত্রগা বৃন্দাবন্দা শোল্লগদি লুপা মঙা তরানম্মু অহুম্ ময়াই হায়নৈ। ওকথ্রেদকো হে চৎনবি—যুমদাংবনা কৈনাবগী আইন। কায়খিবা হায়ববু কর্ম্ম তৌনবা শেল্ থিনবদা ইপা মুংাশগ্রবা অহু কাওহনবা ওমখি অসি মঙাইরে।

থর লৈরগা খঙ্নে চাম্নবা থরগী মতেংনা ঐবু নর্স ট্রেনিং য়াও য়াম্ল কাল্লগানি ঐখোয় লৈকায়দম্মু কনা অমত্ত লৈতে হায়বিহুনা ত্রেনিং য়াওরে। থা তরুক্তি ত্রেনিং লোহরে। শ্যামানন্দনম্মু মাসগী শিন্‌কম্ অসি ওস্থোক্ল পামজখিত্রবানি। ঐমকম্মু কয়া পামজদবনি। অহুবু মতাংনা য়াদবনা ট্রেনিং লোইবগা সরকারগী থবাক্ত অহুম্ মকংলে।

র্নসাক শিনকম আসমক্তবু মীনা থর হস্থরপ তৌবা মিৎয়েংনা য়েংবি। অয়াম্ব র্নসশিংবু মীন খীন ওাংনবি। লমচৎ কয়া শেংলম-লমলোই কয়া ওকলমলোই তেক্ মহায়বি। অহুম্ অহুম্ ওইনমক্ ঐগিদি 'ঐ আস মাগীনি, মা আস ঐগীনি হায়না ঐগীদমক্ত লেপ্লিবা ওম্ব অমদি লেপ্‌সু লোপ্লারবা ওঝা শ্যামানন্দ লৈ। খোহদোক্ল লমচৎ মাওনিংদে। মাওবা য়াবা মতাং কয়াদগীম্মু লাপথোক্লবা হোৎনজে। রাকম অসি অতৈগীম্মু শোযদনা লৈরমকম থোকই। অহুবু কা হোংজনবু তামো ডাক্তর কয়াগী, মথুত্তা লৈরর্নানি থন্দুনা থাংলকপা অশোয়বা খোংথাংদা তুইজরুবা ময়াংবক থিরবা ইচল ইচে কয়াদি পোকওমদন পোকপা পুন্সদা বদনাম চাহুনা হিংলি।

ঐ ইশক্ ইতৌদদ মিং চৎপ নত্তনা থর তাওব ওইবনা কনাগুম্বী অমগী অওাং উম্নবা, হিদাক কাম্লনচিংবদম্মু লৈকায় অমা অনি লাম মিং চৎলকলে। অয়ুকনি গুামদাংনি থায়দনা চৎতবা য়াদবা অম ওইরক্লে।

লৈশাবিগা ওইবক্তদা সুংস্তাইরক্রা থওক্রে অহুম্নাইগী হিদাক কাপথোক কাপশিন মখৈ ঐঙোন্দা লোইনা হায়রম্নে। শেলস্থু কন কজনা খোকলে। অনাবনা তোয়রবনিনা ডাক্তরনা কংলিবগী থাতক ঐবুস্থু কায়হল্লে। কালেন চঙ্লকপা অসি ডাক্তরশিংগীদ নম্ভনা ঐগীস্থ পোয়স্থু অহুম্নক্ মওইরে। অহুনা ঐগী ইমুং অহু কন কজনা পুজরে। ঐখোয় ইচিল ইনাও সুপী ওাক্ত অহুমনি। ঐনাদ পূকচেল শেংনা হোৎনজক্কই অম্বু কাঙ্বু অমনদি অহুম্ মতায়— হেয়া মাগী তলব মতা আসনবু মানা অম্থুক্ য়াম্বা ইমুংগী থৌ পুরগা মক্কি মরোনস্থু অম্থুক্ য়াম্না শেংপা হৌনদে, মানবু ওকলম্ব হৌনদে।” মাস ইনামক্ত তারবনি। মহু তাবদা ঐ থবক অহু তোকনিংলবনি। অহুবু শেলগী মহাও থঙ্লুরগা শেল্ কংনবা লম্বী অহু ককথৎলো চয়া হেল্লো হায়বসে কয়া য়ানিংদে। জগৎনস্থ য়ানিংকম্ খোক্তে। মপূকচেলদি পীকপা মন্ত্রিদি ওইশিল্লুরবা কাওবুনা মহাক্কী খৌশিল শোয়রে হায়বা খুঙ্লব কাওবা মশানা থঙনা মন্ত্রি কম্ থাদোকউ হায়বদা য়াদ্ৰনা য়ায়াম্ন-রিবসি মরম অসিনা ওইব তাই। শ্যামানন্দাস্থ নথম্মোম ইথম্মোয় শেংনরগা লোইরে হায়বদগী হবায়িগী মতম্ ঙাইনহুন। লৈনরমই। মহাকস্থ ঙঝা ওইন ওইন এম: এঃ থাখান হায়হুনা সুমিদাংদা তমলমই।

নোংম সুমিদাং পুঙ্ তয়াকা থরদং তেমকপ অহুরাইদনি। সুমিৎ অহু নাইট ড্যুটি লৈতবনা য়ুাদা লৈরমই। নহাল ফাওবা নাইট ড্যুটি লৈরমই। সুমিৎ অহু থয় ওম সুংঙাইন তুমগে থন্দুনা ওস্তানা চাক লোইহনা চাথোকলবনি। মে থা চৌগৎলকলব কাওনদা সুমিদাং সুমিদাংদদি কৈজুপ য়াওদবা ইয়া য়াদব অমা ওইহনা কৈজুপ লোন্দুনা লৈরমই। ওসাইমখৈদি ঐখোয় থয় বাঙী তোপ্নুনা কমলুবদগী থেং-ঙ্রবনি। নোং চুথরক্লহনা য়ুম্ য়ুমদা চঙনয়কপদা মঙায়রি। মীদি কন

চীক্লব মতমনি। মতম্ অসিদা মপান্দগী নিপা অমনা কৌরকৃলমই—"ইবেম্মা বিনে', ও ইবেম্মা বিনো ; ইমু' অসিবু লোইন তূমথ্রব্রো ?" ঐ কন কজনা তল্লমই। পৈশাকা ক'নি'থ্রবা পুংকমনি— লক্ষ্মি মীরাইবগী রাদি নত্তে। শোয়দনমক্কি অমদি ওইরম্নগদবনি। খর খর ঐ লাসটেন্ মচা অমা পুরক্লনা থোকলমই। ঐনা থোঙ হেক্ হাং-দোকপদা মীয়ায চল্লপ্ তৌরবা নিপা অমা লেপ্তু্না লৈরমই। ঐবু হেক্ উবদা মানা হায়রক্লমই— "ঐনা লাকচরিবসে ইবেম্মদা করি-গুম্বা অমত্ত হাযজগে হায়ক্লনা লাকচবনি।" লেম্লপ্ তৌরক্লনা মরেপ্ রাংই নিপাদো। বেন্ কোট অমা লিৎলা। মত্তৌ অহুদা ঐস্থ হঙ্গোইবা অমা পোকলক্লনা য়াম্না ব্যবহার তৌনা খুমলমই—"করি তাকপিগদবা ওইরবনো ?"

"ইবেম্মা নো'স্থ য়াম্নদি তাই, য়াম্নস্থ তল্লনি অহুবু ননম্ম হায়গক্স্না নচে হায়গক্সা অহু অঙাং উল্লবদা খর চিংনরে। ময়াম্ন ইবেম্মবু কৌক্লরবদি উপায় অমা লৈগনি নত্রবদি তাল অমা চাক্রগা মমা য়াওনা চৎখিবগী ভাব লৈরে হায়রে; ঐগীস্থ অঙা' অনি, অহুম অমস্থ লৈহৌরি। মমা অত্থনা চ'থ্রবদি অঙা'শিং অহুগী অমুক খল্লুই, ননম্ম অত্থনস্থ ইবেম্মদবু য়াওহনা'যু হায়জরকই। য়ারবদি ইবেম্মনা অমুক্ত লেঙবিক্লনা অরাবদগী বনাবিযু "

"ময়াম্ন ক্লংশিবিবদগী পঙ্ তাক তাক'পিরিব'ন, ঐদি করিস্থ খঙজ হৈদ্রবা নৎচদে। মাইয়োক্লাব মাই'াকা লৈহৌরবা ওইরবদি ঐ চৎ-চরয়োইদা স্নুমিদা'গা ওইবনে ··· ·· কয়াম থাদ্নোস্থ খঙজদে।"

"এ অনকপনি ইবেম্মা নো'থোম্বম নিত্যাইগী ইবেম্মস্থ খঙবিব-দাইনে মখোয়গী হেক্ মথাহু'ন। মাইয়োকাবিস্থ ইবেম্মখোইগী খুৎকা নচে ইবেম্নিস্থ লৈহৌরে। ইবেম্মনা স্নুমিদাংনি কিজৈ হায়রক্লনি হায়ক্লনা ইচে ইবেম্নিনা হায়রক্ত্না। ঐগী মী খরস্থ লোয়নজরকই। অত্থগীদি কায়মত্ত চিংনবিক্লগস্থ।"

মৈতালদা মখোয় অমা অনিস্থ তুম্‌পক্ তুমপক্ লেপ্প উয়ে। য়ায়িস্থ খঙনা অমদি লুংশিখিনা তৌখিব অহুদা ঐস্থ ভাব অমা খল্লকলে। ঐবু য়ায়া পোঙ্‌ত হায়খিব। তারে খন্দুনা চৎলুৰসিবা হায়ব কাওবদি লেপলে, নিপা অহুগী মতৌ অহুদা ভুংগুইতবা অমস্থ পোকলে। ইমামস্থ কন খামলবনি অহুবু ঐ চৎকে লেপলে। অস্থুক্ খম্মোয় শোক্ল হাযৰবদবু য়াদহুনা হনগ্রগা মুপী অহুনা অয়াবদা তারবদি ঐগীস্থ দোয খয় লৈয়গানি খল্লে। অহুবু লুমিবদি ঐনা চৎপ তায়গদি ইমা ইবানি চৎপা তাই। চৎপনা 'তাথিক্লবদা ইমা ইবানি ছাটিন্ অমমম্ তুপলহুনা চৎলে।

লুমিদাং ওইহুমস্থ অথুবা খোংচত্তা চৎপনা থুনা য়ৌরে। মাঙোল্ হেক্ কাখৎপগা ঐখোয়গী অচোৎপা কি অহু হোংদোক্লবা অতোয়া কি পীহুনা হোংদোকলে। ইমুং চঙখিবদা" কমাংদা লুপী 'অনি' অহুম মকোক্ খুমলহুনা 'তুম্‌পক তুম্‌পক্ কমহুনা লৈএরমই। " ইমুং য়ৌরবদা ঐবু কৌবা লাকপা "নিপাহুনা হংলমই—"ইচে ইবেমিদি" কদায়দা অযুক্ চৎগ্রবা ?"

"ভাইহাক কাওবদি য়াখিলনি হায়হুনা চাক চাখোকতৌকাখিগে হায়হুনা চৎগ্র"—অতোয় নিপা অমনা খুম্‌লকহ। ইমা ইবামিশ্ব মৈ ভাইহাক য়াইরগা অঙাং উয়গদৌরিবি অহু অমেংবা 'অকৈব অম তৌয়কলে হায়রক্তুনা ঐনা চাবোকশং তাম্রা চংলমই। ঐনা নাহে-রিবি অহুগী কম্‌ং মনাক্ত হেক্ কমবহুনা য়েংগে তৌবগা তুংলোমইগী খঙহোৎদনা মখু থুৎচাও অনিথক্ লামশিল্লক্তুনা ঐগী পচিল থেন-খিরমই। ঐনা ইওক্ ওক্ল লৈখোয়কপদা ইমাবুস্থ নিপা 'অমা অনিনা মচিল থেনাখবা অহু উয়মই। তাঙা অহুদা কম্‌দা নাহেহুনা লৈয়বা অহুম্ন মক হায়দোয়ক্তুনা ঐবু কোনবা 'য়াওখিরমই। মখোয় ময়াম চঙহনা চীল থেনবা খাও থোঙ নম্বা য়াও হুকচাংদ কোনবা। য়াও তৌয়রে। নিপা অমনা মখৌনা হেক্ ওইবদবে 'মীগী খবাক্ত কঁহা

কোন্দুনা ঐবু শাফু কয় কয়ুং অহৎদা নমথুরকলে। নিপা অমনা মমাই মমিৎ ইথুম্ থুম্লদুনা নোংমৈ অমা পায়রগা ঐগী নাকন্দা, হেক্ লাওবদা কাপ্‌তুনা হাৎকনি হায়দুনা লেপলয়ে। ঐবু কৌবা লাকপা নিপা অদুনা মশাদা পকলয় মকি-মরোল অহ মথং মথং লৌথোকলদুনা ঐঙোন্দা নম্বা হৌরকলে। হকচাংগী মকম খুদিঙদা য়াম্না সুংশিবা মায় নানবিবা হৌরকলে। ঐ কিখিবনা ইশা অসি চেঙ্ খৈবগুম নিকখ্রে। ঐগী ইশাদ পকলিবা কি অদুনা মঙোন্দ য়াম্ সুংঙাইতবগুম অমা পোকহল্লবা মাল্লি— মখুৎ খুৎচাও অদুনা, চরায়রবা নোংশানা মচিল্লাকিদমক্ত কংলবা শজি অমোমগী মতুবু মথুবায় থয় শেৎ শেৎতুনা লংশেকপগুম্ ইশাদ পকলম্ব কি মখৈ শেগাক শেগাক শেগায়দুনা লংশেকখ্রে। মতুং অহৎদদি ঐ জ্ঞান তাখিজে। ইমাগী রাখলকা কাওখ্রে। ঐনা জ্ঞান তারকপদা ইমা ইবাল্লি ঐ-খোয়গী মাঙোন্দা নোং ঙালফুং ঙানফুং তৌরকপদা লৈরমই।

সুমিৎ অহৎদগী ঐগী মমল য়ারবা পুল্লি অহ খঙহৌদনা মমল্ লৈজ্রবা পোৎ অমগুম্খ্রে। ইমা ইবাল্লিমক্ খোথোক্ অহ কনা অমগুদম্বগুমখোক্তে, লীস্ন লীথোক্তে অহবু ঐগী মিং অসি শেৎ কায়খ্রে। মীপুম্ খুদিঙনা ঐগী পুল্লিগী অথ্ম্বা রায়ী অহ খঙ্‌বগুম্ লীনরকলে। অঙাং কাওবা ঐগী লাইবক করবগী পাও অহ তারম-গদৌবোই থন্নকলে। ওথোকপা অপঙবি সুপিগী রাখল হায়বা অহনি অয়ম পুল্লি অসি পুমমাং মাঙলমগান খঙলমলবাদ অতাক্ অকোংব মখৈ কোর্ট কাদুনা হমায়বিশিংগী পুক্লুং লৌশিং ওইনবা তৌজরমগদবনি।

খোথোক্ অসিনা মরম ওইদুনা ঐ ওঝা শ্যামানন্দগী লাপথোকপা তাখ্রে। ঐনা কপ্প কপ্প লোম লোম মাগী অহেনবা ঐনা সুংশি-জরবা মাইথোং অহ য়েংজদুনা লেল্ল তমখ্রে। লৈতবনা মরম ওইদুনা ঐগী পুল্লিবু মাঙহন্নবা মরু ওইরিবা নদকি শিনকম্ অয়াদ খাদোজ্জবদা লেপলে। হুরাল মতুংদা মৈলংলুদুনা কবি কাপনি হৌজকম্ব নিপা

কারদনা অহুম মাঙগ্রগে। ঐগীদমক্ত য়েংলবদি শ্রী মানন্দবু কাক্সিন্নুনা ঐগী ওইবা য়াবনি। অদুবু অদুক্ থম্মোয় শেংবা মী অহৌদা মীনা: খীনা হায়হৌরিংঙ্গে। ঐ মাবু চান্নবা সুংশি সুংশিবা মীদবু লোনম্বা করম্বা থম্মোয় লৈবগে? মরম্ পুম্নমক্ খল্লুরগা ঐগী হায়বা থাদোক্লুনা মঙোন্দা হায়খি—"ওঝা, ঐগী পুন্সিদি লৈমল চন্নবিনি, ঐগীদমক্ত থনবিরুবগন্নু। অতোপ্পা লৈকা কম লৈশাৎ তমলকলিবি নিংখিবি শীঙেল অমগী আশা তৌবিয়ো। শীঙেল অদুনা ওঝাগী খুয়াখাদা লৈমল চন্নরব কান্দা ঐবুস্তু অমুক্ নিংশিংবিরকউ।" ঐগী য়াখল অদু মাস্থ কজনা থঙখি। হৌজিক্তি ঐগী ইনাক্ত মী কয়া কোইলৈ লৈরে। অদুবু ঐ, কারজবা পুন্সিনি; ঐগী নিংবা খু গদবা লৈরে। ঐদি ওঝা শ্যামাগী 'ওরবিট' তগী নাপ্পোকতুমা পাইথোরক্লবিনি। করিগীদমক্ত কৎখিজবা খুৎপু অদুনা মীয়ামগী য়েংবিজিবনো? খল্লুবদা ঐ ওকই। ঐগী শিনকমদা খুদোংচাবা লোয়গা ঐবু মাঙননবা শীনবত নত্তনা তুংদ হৌগৎলকলিবা ইচিল ইনাওশিংগী তুংগী লম্বী করিগী থৎলিবনো? অদুবু থক্তম্নু ইশ্বর লৈ, কৎখিজবা মখোয় মখোয়গী মচল মচাদা ঐঙোন্দ থোকখিবা অস্নুমা থোকলকলোই হায়নিংঙাই লৈতে। অস্নুমা তৎতনা নিপাশিংনা ইক্সি খুত্থম চনবা ওমদৈবদগী কায়বা থিয়ক্লবদি নস অমত্তম্নু লৈবাক্তী সেবা 'তৌবা চোংথোরক্লরোই। মসিনা অপঙবী ঐগী য়াখলনি। ব্যাকরণ্ হৈবী ঐগী থম্মোয়গী লেবো-রেটরীদ তৌরুবা এক্সপরিমেন্টতগী কংলকপা জ্ঞাননি। হৌজিক্তি মল্লকলে পুন্সিগী খ্বাইদগী নেম্ব থাক্ত লৈদুনা 'কারটর ব্রাউন'গী হুরাম নিংঙোল উলানী নত্রগা ভাজিনিয়াগুম বোইড্ কয়াগী মমাংদ খুদেমগী কজোল লৈতেংদনা প্রকৃতিন পীবা হকচাং অসি অচিকপা মকম মাঙদা উৎপা হৌরগে। পেন্নসঙ্গু—।

# "য়াওশংগী থাবল"

ইন্দক্ হৌখিবা য়াওশং অহুমগী অরোইবা নুমিৎ অসুনি। নুমিদাং-বাইরম্ অমত্তা মথং মথং অমুম্ চৎথোকলুবদগী হন্নকপদা থাবল অমা নুংঙাইনা চোংবায় থেংনরে। মতাং অমা ওইনা তৌরগনা মকম্ অহু থাদোক্তুনা পাকু হেক্ চৎপা য়াবা মকম্ ওইরমদ্রে। অদুক্ কুইনা পাখঙ্ ওইরক্লবদা অমুক্তা কাওবা থাবল চোংই হায়ব তারক্তুবি 'ইবেম্তোম্বী' থাবল চোংবা অহৈদা য়াওরি হায়বা থক্লে। মহাক্না থাবল চোংবা য়াওরগা ঐগা লাকাম্মারবা মাগী প্রাণ্ ওইরিবা ইবো-মচানা কমদৌনা মকম্ অহু থাদোক্তুনা চৎসি হায়বা য়াগনি? ঐথোয়গা লাকমিন্নবা অয়াম্বা লম্বা থর থর য়াওই হায়দুনা চহি থর লৈশিন্নরবসু চত্ চত্ত্না য়াওনদ্রে। অদুবু মপোকতৈদগী মীয়াং-থোক্ল থাবল চোংবা অমুক্তা কাওবা য়াওক্লিবা ইবোমচাবু অহানবা ওইনা ইবেম্তোম্বীগী মথুং পায়দুনা অমুক্তা ওইরবসু হল্লুসি হায়না ঐনা কয় থেংনা লাক্লি। ইবোমচাসু য়াওদি য়াওনিংবা চত্তুনা হেক্ য়াওবদি ঠিকায়বগুম্ব অমা তৌদুনা লৈরে। ময়াম্ মাগী মকম্ কন্দুনা থমগ্রবদসু মা চত্তু হায়বা ময়াদ্রে। হায়দ হায়জল্লুবগা 'চোংব য়াওগনি লাকউ' হায়দুনা পাও পীরক্তে য়াওরোই, লাকই হায়ব কাওবদি খঙ্হল্লমগে হায়রে। ঐসু গক্তি লৈত্রে। অগৎ অসিদা তাঙনা কংবা তাঙ্গাবা কাওবা খঙ্ন খঙ্ন অতম্বনা মাঙ্হনবা মীসিসু ঐদ নৎতনা মী অতৈসু লৈরমলিবোইরে খন্দুনা তুমিন্ন লৈরে। কায়বক্ কান্দুনা চৎলবদি কেমদুনা য়াওই হায়বা পায়া অত্ত চিন্না পুরক্তু মালে। অদুবু থংম্বায়দদি খল্লি—'মসিগুম্বা ওইনবা মঙ'দা নুংশিনবসি থুন থুন কায়নগনথ্রবনিদা।"

ঐসু, য়াওদনা অমুম লৈদুনা তাবোক্তা নোংঙ্গালবগী তাব অত্তু

য়াম্ম হৈনবক্কে। য়াম্মদি য়াওনিংলে—কুইস্থ কুইরে খাবলচোংবা হায়বহু উরক্কবা অমদি য়াওরক্কবা। অদুবু মকম্ অদুদা ঐ খাবল চোংবা য়াওবাদ ইকায়, নহাদ নহাস্থ নংত্রে অহুগীস্থ মথক্ত ঐখোয় ইন্দোম-চাগা ইচল সুপিশিংগা লাকলম্ব য়াই। মখোয়গী হেক্ মমাংমক্তদা খাবল চোংবহুস্থ ঐগী মাইতা অসিনা খয় য়ানা খোকলে। . অস্থুম্ মোন্দ। য়াম্ম সুংঙাইত সুংঙাইতনা লৈম্নিডৈদা খাবল অহুগী খাইগী মপাল খংবা মকোয় অদুদা ওস্থোক্ক লম য়োনা ঙানথ্রবি সুপি অমা য়াওবা উরকলে। মাবু হেক্ উবদা ঐ হায়কম্ খঙত্রবা, মুংদগী খঙ-হোদনা ঈহৌরকপা সুংঙাইবা অমনা খ্‌মুহৎখে। লাইতিরক্তত্রা খঙদে মাগী শক্তম্ অদু অহান্‌বা হেক্ উখিবা সুমিত্তগী ঐগী খম্মোয়দা অপাম্বা পোকথ্রবনি। করি লমদা লৈবনো করম্ব মীতানো খঙদবনা ইথক্ত ঙোহনা লৈরকলবনি। ঐনা মহাকপু উখিবসি সরস্বতি পুজা সুামক্ত 'মহাবীর ষ্টোর'দা উখিবনি—

সুমিৎ অদু অয়ুক্কি পুঙ নিপালমুক্ ভায়ে। ঐ ইমায়বা অমগা মাগী মনাওনিপা অঙাং অমগী খোঙ্‌গ্রাও লৈহনা লৈরমই। মতম্ অদুদা সুপী খসি চঙ্‌লকখি। মাক্কি মশক অদু হেক্ উবমক্তদা ঐগী খম্মোয়দা কাওখিবা ঈহুল অদু করিনো খঙদে। পুন্সিদা অহান্‌বা উবনি। অদুবু মঙোম্বগী ঐগী মিৎ অসি সুকহোং হেক্ হোংদোকনিংদবা, য়েংলিবা মথৈ পেন্দবা অমা পোক্‌লকখি। ঐনা খনাখ পুন্সিগী অহান্‌বা থেংনব মক্তদা সুংশিবা হায়বহু মসিরা হায়না। কম্প্রথ্রবা এডভর্টাইজমেণ্ট অমা নিংশিংলকই—'love it at first sight live with it for life time'. মসিমক্ হেক্ য়াইয়ে। চুং কিয়াল চপ চাবি, মীওই মীতো চপ্‌চাবি হায়বা শাথান অদুনি। মমাই ঙোই। মাগী হাৎন হাৎন হাৎতবি, carefully careless ওইবা লুমাংদা চোইন তাহল্লিবা শমলাং অদুনা অউবা মীপুম্ খুদিঙমক্ক খম্মোয়বু থুহম চম্লগে মতাঙ্গুমলি। মাগী ঙাংলপ তায়বা তবা তবায়বা

চিনখাল অমদি মখজাউগী শরুক্ মেংবদা কল্লকুনমমনি। খোইদোক হেন্দোক মচৌশ্লা পকচরিবদি মাগী পুক্নুমরবা পাম্মোম, অদুগী হাউ-থরকপদা মেংকি খুজোংদগীস্থ খর কাখংলপ তৌন শিরিবা, সনা মচুগী মরি পানবা, চুথেক্ ময়গরবা 'হেনরি সেনদো'গী ঘড়ী অদুনি। শেং চারিবা কিজোল অছনগা লুবনে, কজকি মানা ওজোংখকপ্ হুদি ইকদ কজথে। অভেবদা চুদম মচু লৈতে হায়রক্লন। মানা কেক্ শেংতোক চাখোয়কালবা মশাদা পকল্লিবশিং অদু ইকদ কজথে। অদুগীস্থ মথক্ত মাগী ঐ মঙাইবে হায়বা মতাঙ্গম্, মী ইথৌ থৌওইদবা, মজোন্দা মেংলিংব মথে মেংজসন্থ, নখোয়স্থ মী ঐস্থ, মী নুবেম্বনি কা হায়না খল্লমগদবা, মীয়াম তিল্লি হাযবগীস্থ খোইদোক্ত খল্লুদবা মানবা মতৌ অহবুস্থ থাগত্তবা ওমদে। মীয়াম তিল্লবা মকমুদা চঙ-লকপদা মীটৈ লুপীনা অদ্রম্ম ইকায়দনা খৌনা কব উবনি ঐজোন্ধবি লুমিং অছনা অহানবনি। মান্না উপল্লিবা সনক্লাসে অছনস্থ কমা চুবথে। জৌরবা কজরবা জাইবক্ অদুদা সনগ্রামকি মুইরেল্লবা মচু অছনা ঋৈকহুদি কম্নাদি কজরে। কজবা অসি চাওরাক মথল অনিুরি হায়নিংই। অহানবা মথলগী কজবমা কজরিবা অদু উরপা পোং অদুগা মরী লৈননা পুক্নিংদা করিগুবা খোয়াংবা অমা পোকই। অনিগুবা মথলগী মথলগী কজবন কজরিবা অদুগী মনাক নকনিংই, পোং অদ্রতবু লুংতিগী পুজা তৌদুনা থম্লিংই। পুক্নিংদা অমাংবা লৈতে। উজবতদ থখোয়দা লুংওাইবা পোকই। ঐনা খেংলরিবা লুপী অসিগী কজবস্থ অকোনবা মথলগী কজদা অসিনি। অদুবু রাখন্দা করিগুবা অমা কাওয়কথি—মসি পঙলায় লায়বা মীদি ওইরমলোই। মাবু মেংবদা ঐ পুংমুন্ মুনথে। মানা অগ্নম্ অগ্নম্ পোং লৈবদগী মীয়াম মরক্ অদুদা কনাবুস্থ কায়বুস্থ ইথো থোকইদনা চঙশিল্লকলমই। ঐনা ঙাহুনা লেপলিবা অদুগা লৈনকম্ কিবদগী মাগী মখোওনা ঐগী খোঙদা থর খেংলপ তৌদগা চংলমই। মখোওনা

হেক্ শোকখিবগা থুনমক্ লৈশিল্লক্তুনা হায়রকই—"sorry excuse me"। মহু হায়রগা মানা ঐঙোন্দা মথুৎন হায়কেৎ শোক্লগা মরাইবক্ত শোক্তুনা ব্যেবহার উৎলমই। ঐদি ইমান্নবগী পোৎকা লৈবা চঙদন মাবু য়েংবদা উঙহনা মঙমঙলুরবনি। অহব মানা হেক্ হায়রকপা অহুদা মঙকাওনরহুনা হায়খিরমই— "plese dont mind"। মানা অমুক্ খুমলকই —thank you। ঐস্ন নোৎলমই—thank you খুদক্ অহুদা মানা excuse নিরক্তবস্ন মাগুম্বী কজবি, শক্ত কজবদ নত্তনা ব্যবহারস্ন কজরবি মঙোন্দদি হায়রক্তকাওবদা excuse তৌকম্ থোকপ্রা শল্লুরি। অহুগীস্ন মথক্ত ঐগী থম্মোয়স্ন নহাগী, মাগীস্ন নহা মানবি মাইথোং।

ঐ অসিস্ন করম্বা মীতানো, করি লাইনবু শারকপনো থঙ্জে। মাগী মচানুপী অহুদি তপচপ্রবনি, মোং হাদবনি, সড়ক্ চৎপদা মমাই কাওবা হাইগৎন চৎচদবনি ; ইমুং মন্নুংগী থবক্না করিবা ······ কা হায়নবা এডজেক্টিভ ময়াম্ অমা কংলবি অহল্ লমম্না য়াথ্রে হায়রিবি মুপীমচাশিং অহুবুদি ঐগী ওইনা অমত্ত মুংশিরুবা ওমদে। মুংশিজরুবদি লাইরহুনা চুম্নগী পামজবা কাওবা পোকতে। অহ নত্তবা মমিৎ মনা থর মথকপি, মী কয়া উশিত্তবি, style য়াম্না হৈগনবী, কেথোক খোতোরকপদা পকচবি অমদি মীকি লাইকিদবি এক্টিভ ওইবি জাৎ অসিদি মশক্ অহু কয়া পাঙজগ্রবস্ন কাবকপু য়েংবা য়ারবদি অহুম মপেল্লে। অহুমক্তনা ঐ ষ্টোয়দা চঙলকলিবি মুপী অহুবু উরুবতদ পুম্পেন্ পেনগ্রবনি। ওাইহাক্তৎদ খল্লকই—মসিবু লাইরিক কয়াম হৈবি করি লমগী চগুরা ওইরিদগে ? করিগীনো মানা, অস্নক্ নিংথিবা চেংলৌ অসি উৎতুনা ঐবু করেম্নরাগ্রশিবে। ? ঐথোয় খাইগী মৈতৈমুপী ছাত্রিনাদ অসিগুম্বা কজবা জোনচৎ অসি তৌরক্তনি খাজদে। খঙলবস্ন হৈরবস্ন ইকায়খিগনবদা পাওখোংকম ওইরগা 'হৈমা থেংপ্রমালে' হায়রগা নোকশিরহুনা তোকাথপদবা

মাল্লি। মাগী পুম্নমক্ অমু য়েংলুরগা ঐ পুমপেন পেনপ্রবনি। পোৎ লৈবা লাইমরুনা মহাক খোকথে। জিবতা_কাপ্পৎতুনা চৎথে। কাম লমদগী পাইরকপা করম্ব মরিচনা ওক্লকপা সনাগী শাজনো খওহৌরে। ঐগী খপ্পোয় থুগাইরম্মগা চৎথে। অমুম্ খঙ্কবদা অচৌ অশাং মচাদি ওইরম্ব তাই। মানা চংখিবমু য়েংহনা ঐ উংহনা লৈহৌবমু উরগা মঙপ্তুনা হায়রকই—“হেরা, লুপা তমাগী মী অ’সিবু, সে লাক্তুম্ লাকওসে, শক্তা অসিদা উংতুরিবমু।” শক্হেনবা ইবেঙ্গমুনা অঙাংগী লুপা ভম পীবা কি মচা অমদি মরৈখি ঐমু উহৌই। মশক কক্লবমুদা মানা কল্লক্তুনা শিরিঙবনি খন্দুনা ঐ মতোন্দা করিমত্তা খুমখিদে। ইথক্ত থপ্পোয়রুংদা অহেনবা শক্তম অমুদবু নিংশিংহুনা লৈরমই। থপ্পোয়দদি লাইনিংখি—“হে ইশ্বর! অমুক্তগদি মকম চানা উরহনবিখোকো।”

× × × ×

ওসি থাবলদা উরিথ অসিনা অনিশুব উবম্রি। মহাক মখেনা কদাইদ, করম্ব মকমদা লৈখি ওইমিগৌমো, কমম্ব কান্দ অমুক্তপা খেঙ্নরগদগে; পুক্সি অসিদা অমুম উদনা তোক্লগম্রা খন্দুনা থপ্পোয় লামমা অমা ওইহুনা লৈরক্লবনি। মায় শুংশিন চাম খমজনবা অয়োকপা ভেনমানা নানখোক্তুনা পাইঅবদা, পাইরকপা মথাক্লবা তেনবাশিংগী মরক্ত মাওরম লাকলমগম্রা; করিশুব খেংনহুনা অমুক্ কোক্ হেক্ কংলবদি হায়মহনা অউবা তেনবা থুদিঙমক্ লেংবশুম মাবু কমম্ব মকমদা খেংঙগদগে খল্লকলিবনি। খোংনবা খোক্লবদি অওব উপায় থিজুনা ঐগী লেংন চঙব মাবা ওইরম্লবদি মাগী মনাক মকশিল্লবা হোৎনগে খনখিবনি। শুংশিল্লিবা পোৎশক্ অমবু তৎতনা উনিংবা হৌনশানি। তৎতবা উনিংবগী আশা লাকপদগী ঐগী ওইনিংবগী ৱাখল লাক্লম্লিবান। শুংশিক্লবদগী শুংশিক্লিবা পোৎশক্ অমু নমকায় লৈরকই। নমকায় লৈবদগী পোৎ অমু শুংশিরকই। অমুগুম্বী মতম্ শুইনা আশা

তৌরক্লবি মহাক্না ইচাও চাওনা থাবল চোংব য়াওয়ল্লবদা ঐস্তু হায়িংলক্লে। মাবু ঙাইরগা মথুমদদি মথঙলগে খনখ্রে। থাবল অহু ঐস্তু য়াওনিংবনা লৈতাকম্ খঙজবনি অহুবু অক্ষবদি সুপী অহুবু পায়রিবা নিপাশিং অহু ঐগুম অমত্ত নত্তে। মশা নাল্ল নাল্লবা ভাই পুন্বা অচৌ অশাং মচা মগুশুম নত্রগা মশানা মগুণ অযমম লৈজরবা ঙাক্ক ওটনা উই। মীতাদি ঞ্রে। ঞ্রে। লাওবা মীতারা খঙদে চঙ-লকইবা মী থুদিংঙমক্কা অত্তম্ রাগী মশাই। তৌবদি মহাকপু য়েং-লোম ওইরোমদা পায়বা চঙলকলিবা নিপাশিং অহু রাউও অমা অনি পায়বদা য়াঙ্গা রানা পায়নৈ। মরমদি মকোই অমুক্ কারকপদা অমনা অমুক্ হেক্ক লাকখি। মাবু যুরবদা লাল অমা ওইবগুম তৌই। ময়াম্ন হায়নবা তাবদগী মমিংসু স্নাহনবী কৌই হায়বা খঙলে। লৈকমস্তু চাওরাকপা অমা খঙলে। পুম্নমক্ খঙলে, অহুবু মনাক্ক চঙহন। অমুক্ক পায়রুবদি মগুমত্রে। ঐগী কিজোল অত্তুনা চঙহুনা ময়াম অহুগা লাম্বা তৌহুনা য়াওরুগদবা হজোইয়ে। মাগী অযোলবা মখুৎ অহু অমুক্কংদং পায়হুনা থাবল অহু অমুক্কং চোংমিয়বা কংলমলবদি ঐগা অপেনবা ওইরমগদবনি। “য়েংউ য়েংউবদা ইয়াৎ রাংলবা, ইমারবগী মরক্ তিনবদা নোপ্লবা ঐনা ইখত্ত প্রোক্ প্রোক্ চাকচবদা মত্তাখ্রে। মরম্ আসদগীনি নহাল মখৈ থাবল চোংব য়েংব কাওবা চৎলক্লি বসি।”

খোয়দো অসি থীৎপ মখৈ শাওনিংলে। ইমাংমক্কদা নোক্কনা খেহুনা মানা মশা নাল্লবা পাখঙশিং অহুগা চোংব থাবল অহু উরগা ইখত্ত কপ্পকমনখিহুনা লেপ্পা ওম্লক্লে। চিংখোক্কনা হেক্ পুনিংলক্লে। ঐস্তু মওল্ মওল্ খল্লকলে। অস্তুম য়েংহুনা লৈরবদি ঐ মোন্দা সুং-ঙাইযোইদৌরে। মতম্ কুইনা কাথহনা খমলুরবা খম্বোয় অহু মখি কোৎলকদৌরে। খন্বা মখৈ খল্লগা মোত্ত্রং চুব রাখল অমা লাক-পদা লাক্মিয়বা ময়ামকা তাকলমদনা যুমলোযদা চেল্লকলে।

মলি থা খুদিঙগী চাংচৎ ওইবা য়াম্বা শেলকমনি। অদুগা ঐনা খোংগ্রাও কুরিৎ অহু নায় শেৎ চারুরগনা মহু উখিবা লুমিত্তগীদি শেল খৌবা মীশিংনা অযুক্ য়াহৌজিনৈদা খোং নম্মনি। মহুদনা করি খুঘা? তলব ফংজিমখৈদি কৈদকো, তলব হেক্ ফংবগা করি করি খুঘা? করম্বু হায় পীগদগে? করম্ব শেলকমবুনা শিংনবদা টোপ প্রাইওরিটি পীগনি খনকম খংদে। তলব হেক্ ফংব লোইবগা কনাদ পৈশা অমুক্ হায়গনি? অহনা মসি ওাক্ত খল্লুরবদি ঐনা মী ওইনা হিংগদবসি কন লুই। করিমত চাওখৎপ য়ারোইদৌরি। মরৌ মকৈ লৈজদবা মী মঙাগী মখক্ত চাবা ইমুং অমা পুরিবা কেরাণী ঐগী পুন্সি খল্লুবদা ওক্তবা ওমদে। ‘অস্থয়া, মচা মরি থনম্বগা ইপা হগুব অসিমগা থনম্বগা ইমা অহনা শিগনি হায়তুনা শিগ্রিবত্তস্থ লাইম ওাস্থ। ঐমক্ত ওইরবদি ওস্মোই।’ পূরমক্ অসি খল্লুরবদি ঐ হুমাং অনগ্ন কায় থা অমদা চৎলিবা শেলকম্ অসি খুৎথেক্তনা পারু-জিনখৈ কৈ। হেক্ পারুবা লুমিৎতুমা তুঘা লুকয়া য়াজে। অস্থক্ তমাখিগ্রবা মতম্ অসিদা ইবেম্মা য়াহনবীগী মনাক্ত নকনিংবগী ঈহৌ অমগ্ন কয় লাকইবা। কাইনখংদ খলব মখৈ খল্লগা শিরগ শি চঙলগা চঙ্ পৈশা অহু লৌখোকলুরগা কিরোল লৈরুরগা য়াহনবিবু থাবলদা অমুক্ত ওইরবস্থ পায়দবা য়াজে। থাবলগীদা নামা খোংবতনি পুন্সিগী ওটনা খুদোংচাবা য়েংবনি। উম! ঐনা নহালমখৈ হিংলমলিব অসিদি খহুরুজহনা হিংলমবনি। খহুরুরবদি ঐগী হিংনিংঙাই লৈরমজে। অগৎ অসিদা ঐওবা কয়া লৈরমখিনি?

নোং ওাজে। পৈশা লৌখোক্লুরে। টেরেলিন কুরিৎ অমনে, খোঙউপ কাবকপা অমনে, টাই অমনে লৈরকলে। খোংগ্রাও অমগা তুরমলে। য়াওণং লোইশিল্লকলবনিনা খোংগ্রাও অহুম্ন পংকুই কুইন চংজে তুবদা—হংচিংতু লৌবিয়ো হায়রকলে। মতুং অত্তদা ইমারুক-শিংদদি হায়গোক্তনা ইখক্ত তুমিন্ তুমিন্ন য়াহবীখোয়রোদদা চোংগদবা

থাবলগী শুমিৎ খঙবা চংলি। মন্নামর্দি হায়দোকলুগে—ঐদি তুমিন্ অঙাওবনি হায়দোকপশু ইকায়খ্রে। উশাগী অনিংবহ থুংনবা হোং-নবদা যোল্লুংনা খর নম্লপ চৎপ মীনি ঐসি। কনাদগীশু মতেং লৌগে খন্দে। ঐনা চুমলে হায়না খন্বা অদোমদা হেক্ত চুমাল্লুং য়ানগনবা মীতানি। তাল চাপ্পা ঙাওখিবা য়াবা মথোঙ অমা চাক্রেগা-কা ঙনাথগত্রা চিংনজপিবনি। হায়ন হায়ন মতম্ লাকলে— মোত্রিক্ পায়ক্ষা লোইখিবগা মথঙ্ মথঙ্ অমুক্ ইনো লৌনা য়াওগং হোয়ক্লে। শুংঙাইরে— শুমিৎ মরি মঙানি অহু তুমন তুমিন চংলহুনা চোংগদবা শুমিৎ অহু খঙলে।

থাবল চোংকখদনি। ঐনা অহৌবগী লাক্লবহুদি য়া ওবা ইকায়রপ তৌরহুনা নহা খর চপাক্ লৈবা অমা অনিদা স্নাহনবী পায়রম্মু হায়রহুনা খঙকনখ্রে। ঐনা মহু হায়রুবদা মখোয় ঙরুপ তৌই। অহুবু মিনিট মঙাগী মতুংদা যুবি লাকপি হৌখ্রে। শোয়বা লৈত্রবা কাঙবু অহনা স্নাহনবীগী য়েৎ ওই অনিদা লাকখ্রে। ঐতোন্দ চঙলকলো হায়রহুনা ইঙিং তৌরকলে। ঐশু মখোয়না হায়রকপগা অহুম্ চঙলে। অনৌবা কিজোল অহু শেৎপগী ইখস্ত হন্থনা য়েংলগহ তোকখ্রে। ঐনা শেৎলি চারিবহুনা মন্নামদগী পঙতা তাখ্রে খল্লুবদা ঐশু য়াম্ ইচঙ্ খোয়ে। ঐনা খন্বমক্ থোকলে— মপুক্লামখুৎ মোল্লমলিবা, মপাখোয় মপা-খোম কঙরিবা ... শিরবশু পেয়ে। অপেনবদা শুংঙাইবা লৈ হায়বত্র হৌজিক্ক ভাব তারকই। শুমিৎতু কন শুংঙাইখে। ঐখোয়গী মী য়াম্না লাকপনা শিন্ন শিনহুনা পায়নিংব মতমদা অহুম্ মপায়খে। শুমিৎতুমুক্ শুংঙাইখা ঐগী পুন্সিদা খেংনখিল্লি। চৌংদ চহী ৩/৪ লৈ-রকপদা পাখংকান কাব চৎপহন্সু কমদি শুংঙাই অহুবু খঙ্খোয়রন তাবি শুপীগা শুংঙাইন থাবল চোংখিরবশু মশুংঙাই।

পুঙ্ তরামথায় তাবদা থাবল লোইরহুনা লাকলে। লৈমীদা ইবোাপশক হৌদোকলকই— 'জিভেনপা স্নাহনবিগাদ ঙলিদি য়ামী

য়াম্ন চিকথনখ্রে। কদায়দগী খঙ্‌নরুম্নিবনো, অমহুনা তৌম্নিবস্থ জিতেন্না ঙাইহাক্তং মপাল খোকখিবদা নখোয় মরুপ্তু চংলকলয়োইজ্রা হংইনে'। ইগ্নাবোতনা ওকলকই—'ইবেম্ম অহুন রায়ী চীকথনদবা মীবু লৈরিত্রনে ? মাগী হায়ববু কি খর নাল্লগা লোইরে।' মখোয়নদি শিথৈ অহুবু ইথম্মোয়দ নোকচৈ, হয়াওজে। চৎন চৎন খল্লক্তবা ঙমদবা রাকম অমা লাকই— 'মানা ঐবু চান্নবা জুংশিবা, জুংশিবমক নংত্রবস্থ পামজবা ওইরমগন্না ? কম্নিগীনো মানা, ঐনা চৎখোকখ্রিবঙদা হংলিবহুদি ? অহুগা মানা পোথাক্লরগা চালকপদা ঐগী ইনাক্ত হেক্ত চেনশিল-লকলিবহুনা করি তাকলিবা ? ফৈ থরায়না তাবমক্ খোকলে। মীক লাইকিদবী য়াম্না ঙাওবী ঐগী মোজ্রং চুগনবা, ঐনা তৌবতনা চুমলে খনবা থম্মোয়বু কাজিনবা ঙমগদবি অমতং থিরকপা কুইরবান। মশক্ কজবী সুপীনা ময়ুম পান্নকপাদি ইমুংহু মানা ঙমলপ্ চংলি হায়নৈ। ঐগী ইমুংদি খঙদে ঐগী থম্মোয়বু কাথবিরনি ঐবু ঙম্‌লপ চংলনি হায়রবদি ঐগীদি অকবনি। অহুবু ঐবু কল্লকপা থরনাদি মহায়—'জিতেন্ নঙবু পৈশা কয়াম্ পায়জরবগে ? নঙন উন্নগে হায়বা মকমদা উন্নবা শীনবীগেনে।" মখোয়নকা অহুম্ হায়জিল্-লকলবহুদদি ঐস্থ সুংশিরক্তুনা— "হেয়া কম্নিগী পৈশানোনে ? সুপী কোয়বদবু পৈশা তিংত্রনে ? ঐনা কোয়রকপা সুপীদি ঐ পৈশা অমুক্ত তিংলক্তে।"

"পৈশা তিংলক্তবহুনা নঙ্ হৌজিক ফাওবা সংসায় মশক্ খঙজ্রিবনিনে ভায় ··· ···।"

ঐ ইথস্ত ঙকচৈ— কম্নিগীনো মখোয়দদি সুপী হেক্ থিরগা সংসায় মশক্ খঙলে হায়না লৌম্নি, সুপী থিজ্রগনা সংসার মশক্ খঙজ্রি মহায়। ঐ মহু ঙকই। মখোয়দদি সুপীদা সংসায় লৈবগুম্ তৌই। অহুবু মহু ঐঙোন্দদি অঙাওবনি হায়গন্না ওম তৈনৈ। সুপী নহাগা লৈমিন্নবতবু সংসায় মশক্ খঙবনি হায়না লৌনিংদে। লৌবস্থ ঙমদে।

মানবু হেক্ লুংশিবিরম্বদা মুখদা হেক্ত ময়োবা মায়বনি। পোয়দে, ঐস্থ মাগী য়াখলদা মোজ্রং চুমিন্ডৈদা নোংমদি লৈতুম হকপা।

নোংমা লুমিদাংবাইরমনি। ঐ কোম্নুং মমাঙ্দা ইথস্ত লেপ্তুনা লৈরমই। মতম অসিদা মুনিস্রো এস: ওঃ লাকলমই। উরদবা কুই-রবা মরুপনি। কুইরবনি মা তমেংলোংদা ট্রাফকায় তৌখিবা। ইবাম্রি উরদনা উমবহুদা লুংঙাইরহুনা চুরুপ মচৈ অমমম চপলহুনা য়ায়ী শানহুনা লৈরমই। মতাং অসিদা স্নাহনবী নিপা অমগী স্কুটর মনিংদা নপ্তুনা লাকলমই। ঐখোয়ন য়েংলুবগা স্নাহনবীনা য়েংলকপগা চপ্ মান্নরুহুনা নোক্লমই। ঐ খস্মোয়দ লুংঙাইজরমই। স্কুটর খৌরিবা নিপা অহুগা মুনিস্রোগস্থ কৌনরমই। স্নাহনবীনা খজিক্তং নোকলকপহ্ ঐবু শক্ মুম্না খঙবিবা অমদি লুংশিবিবা ওইরমগনি খল্লুবদা খস্মোয়দা হায়কম্ খঙদনা লুংঙাইবা পোকই। মখোয়না হেনদোকপ্রব কান্দা ঐনা মুনিস্রোদা হংই—“তায় নও স্নাহনবী খঙনব্রা?”

“হেয়া হৌজিক্কিহ্ নংব্রনে?”

“হোয়নে।”

“খঙবদা নস্তে লৈস্থ লৈমিন্নরুরবনি।”

“করি হায়বা?”

“হেয়া মাবু খঙদে হায়ব্রনে? নোংমা ঐনা চীংদা চৎলমদাইদা উবাম্রি থেংনৈদনা? মহুগী লুমিদাংবাইরমহ্ ঐনা থবক অমা লৈ হায়হুনা নখোয়দগী প্রাপ প্রাপ চৎখিবহ্ অতৈগী নস্তে। লুমিং অহ্ ঐনা স্নাহনবীবু নোংমহুগী ম্রিজার্ভ লৌবনি। ঐগী কার্টমদা লুমিং-ফুমা ইবাম্রি লেনখিম্নখি। ইস! কদায়দগীবু তম্মুবনো খঙদে twist মু অহোক হৈরমখেনে। মহুগী লুমিজ্ুদা ইবাম্রি অঙাঙবহু থম থম খায়গা মানা twist তৌখৎলকপহুদি ······ বা বা। ভপেংনমক মহাক্তি চাওখৎলবা লমদা লৈবা কোল গার্ল ভাবত লৈজর-খম্রি। মাগী শাখিবা হায়ববু মশা খম নাম্নবা, তাই পুম্নবা, স্কুটর

পুরক্লবদি নিপা অহুনা হায়বা মশৈ য়াক্লবনি। শেল্ য়াম্ব য়ামদবা অহুক্ হাক্লা থিদবনি। মহাক্ লৈবনা ঐখোয় পাখংদাদ য়াম্না কাল্লবনি। নত্তে নঙ্বু ইম্ফালদা লৈরগা অমুক্ত থাওবা মাগা লোন্দিম্নরুক্লিব্রনে ?”

“তোকলো তোকলো ওকলে রারীঠ।”

“ইম্ফালদা লৈঘা মী মানশিদ্রেকো সৈত (দৈত্য), নপুন্সি অহ অরেম্বদা কেমহ্রনা মাঙ্জগনি। অহুক্ খোরাংনা লৈগদবগী শরুক্ নোং কাদোকম্লু মচংলুসি। হৌজিক্ মাবু পুখিবহু এসঃ ওঃ কুমারনি। ওসিদি মানা ডাওনবম্ব তারে।

ইবাম্ম কাম্লনরে। ইথস্ত লেপহৌরে। চিন্দদি ইচম চমথি। অহুবু মু'দদি মৈ হৌনা চাকলে। করিগীনো অহুক্ কজবা শক্তম অহুনা অহুক্ তমখিবা মচং চংলকলিবহ্নদি ? ওগং তপং তেক্লদি উারবা, মখজাই কজনা ওাঙলবা মুংাশং শিংলফপদা কেল্লকপা, মমুংদা তীল চঙলবা হৈনৌগুম্ অহুক্ শাখিক্লরিখহবু ··· ···। হোয় অহগীবুদি লাইরিক্ হৈবনা কলম্না চাবা ; খুং হৈবনা খুংনা চাবা ; ওাঙখা, লাওবা খয় তন্দবা মীনা নেত্তা ওইহনা মচাবা ; য়েংনবা তজবনা উাকল ওইহুনা মচাবা ; শক কজবনা শক্লা চাবা হায়ক্ষুনি। মীয়ক তিন্দবা শজ তৌদবা কেয়াগী মচা ঐনা করিগী মীয়ক তিম্নিংউবা। কেয়াগী মচাগী হৌনবি ইথক খোংবা আকিসাম্নগী মীচৈ তাম্লনা কোকফাই কারগা ফকলাং মম্নিনা কোইশিনবা কা মচা অমদা লুপা। ১৮০গী দমক্ত মিকানহনা পংলৈদা লৈহুনা সংসাম্ন অসি অকবম্ন কত্তবম্ন থঙদনা লৈজবনা কমদমালে। মী খাইদোনা অমোবা লাকপা মীয়মগী অচৌবা আকিলাম্নদা মখোম্নগুবী শরু চাবী কম্না পুশিম্লগা থবক চাওনবা হোঙনক্রৌবম্ন থমদ। ওংম্বাকপা, হে মীয়ক্ মীচনখিগী পুন্দ।

ইস। ওসাইমশৈদি কাওবু কাওকরে। শোংগ্রাঙ কজফা লৌচ্চুচাক্লবদগী মহাজন খুদিঙনা থৌরক্লিবা শেন্দোল অসিনা কমদৌবা ?

# ট্রাইএল শেলেক্‌শন্‌ কংলুরবা বিশ্বামিত্রগী পার্ট

'She could look like an innocent flower
While she was indeed a serpent under it"

—"Shakespeare"

ইন্দক্‌ ময়ক্‌ অসি কম্বিনো খঙদে, ঐ নিংকোক নিংকোক লাওবা অমা তৌই। খম্থক্লয়বস্থু খম্থকম্‌ খঙদে। কনাগুম্ব, ঐ হৌজিক্‌ কম্বি কম্বি খল্লিবগে হায়বসি হায়বিবা গুম্বা মী অমনকা হায়বিরবদি ঐ খঙগজ্রা। অদু নত্তনদি ঐ খম্থকবদা খয় মরাম্রে। কম্বিগুম্বা পোৎ অম্বা চিৎখবগুম্বা, নিংকোক্‌ নিংকোক্‌ লাউবা হায়কম্‌ খঙজ্রবা মওং অমা ভৎতনা পীম্বি। ময়ক্‌ অসিদা মুম্‌ ঈশিং থুমখিবগী লৈকম্‌ চাকম্‌ খঙদবা অমদি চৎথোককম্‌ খঙদবদগী থম্মোয়স্থুংদা পোক্‌লকপা ম্রাখল্‌ অমনস্থু ভৎতনা ওংলম্বি। অদুবু কি নাম্ব শেৎ-চাহ্নবা থোক-লকপদা মশক্‌ মতৌ চঙখোল্লবী সুপীমচাশিংনা ঐবু উরগা ইকাইবোই কম্বিবোই মখোয় মশেল অমগা অমগা খুৎনিঙ্‌না খিম্নহনা মশাগা মশাগা কাবক কাবক্‌ থেংনহনা মমিৎ মিৎচিনা খৎনখিবা কিভম-মওং অদু উরগস্থু ঐগী থম্মোয়দা হেক্ত পাম্লম্বি। মখোয়বু উরগা ঐবু ইস্থোরল্লবী মপুকচেল কল্লবী, ঐগী ইকমদদি মহাক্‌ য়াওজ্রবদা সড়াকি মীয়াম কাওবা ইহাও হাওবগুম্‌ উম্বিবি অদুগুম্বী মহাক্‌ অহগী ম্রাখলস্থু মকাওম্বি। মহাক লুন তিম্নবি মখোয়দুবু উরগা মহাক্কদি ম্রাৎপহুদা নাবু নাখ্রত্রা শিবু শিখ্রত্রা বৈষ্ণবিহুবু উদবা কুইম্নেদকো হায়নস্থু খল্লকই। চহী খরগী মমাঙদদি নোংমতং কোলেজ কারকপদা পুং ৯—৪৫ দা থেংনহৌদবদা চহী কম্বা উম্লজ্রবগুম্‌ তৌমম্বী মাস্বী শক্কম্‌ অম্ব গুসি, নোংজুখাদা—মতম্‌ কুইনা কংলুববা তুম্নেলগী লোনথালদা ঈফুং লাকপগুম্‌ ঐগী ওমচাম্নরবা থম্মোয়দা ইফুংকি মশক্‌ ওগনা কাওম্বি।

অহুম্ অমুম্ অশুম্ খংরুমগা মিং তাক্পিরবদা মাগী শক্তম্ অহু মরক মরক্তসু শাত্তি। মচুগী মচুঙ্গা কনাঙ্গুগী ওৌনা চেংলৌ হেনবী মুপীনচা অমগী পাক্লপ্ ঙৌবি মাইথোং অমা চেক্ চেক্ উদি। অমুকসু ঙৌরুনবী তকৌ ভমৌরিবী মমিং মায়া মুংশিবী অমগী খঙ্মোয় মহী চেলহনবা ভশ্বা মিংমেং ঙাইনা উরি। ঐ চমমনবকদে। হয়ক্ মরক্ উরবিবী শক্তম্ অসিদি অনৌবনি। অমিবগী শক্তম্মা মুনা রাশি লৈবী, পিক্তক্ চেংক্ তৌবী অমাদি মীবু শেমগথপা ওখিনি। অনৌবগী শক্তম্মা মীওই মীতৌ চপচাবী, ভোংপামিবি শাবানি। তিঙদা মাঙদা চপচাবী কাহেমসু ভোদবী, অভোবগী কাওলুতুপু অহানবা শক্তক্ পায়রিবীনি। মাগী অমোক্‌বা মিংমেং অমত্তং কংলুপদা। মিংমেংচুদগী লাপথোকে ইয়া মাদথিনি। মূর্তিঅনি অসিনা, তোর্ববান চাংখোপান চেপ্পবা তুরেলগী ঈচেলচুংদা তাওখরকপা পোত্ত, মচাদা ঈচেলচুংদে অমুক্ লুপ অমুক্ কাও তৌবা। তাওখরকপগুম্ এগী বাখলগী মিত্তু অমুক্ লুপ অমুক্ কাও তৌহনা লৈরকদি।

ঐ খঙজে এগী পূজি কদোমদ থোক্লিগদবনো? মরক্ অনিদা ইমাবগা মীমায়দবদগী পোকলকপা খন্মোয়চুংগী মৈচাক্ অমমত্তু ওহোয় শাখিরকাদ। ইমাবমা ইঞ্জিনিয়ারনি ডাক্তরনি, উকিলনি হায়রুনা পঙথোক মথোয়কই। ঐনা পীরুবা কোককায় চুরবা কা মচা অমগী মচুংদা লুপা খর খত্তি মিকানখদা হকচাংসু পোকদে। মীওইন পোকপা মুংঙাহরে হায়মিবা পূজি অসিদ। এগীদি মুংঙাইনবা লমী অহু ইখয়মা কাওথোকপিরম্মাদে। লোমন লোরমনা কদি-গুমদসু খল্লকই—'কারগীদমত্তা মুমিতানা এগী হাংদোক্তুনা খনমলবা চংজকম্ থিংজিনস্রিবনো? মাগী এগী লঙীদা কয়বা খুমৌবা থংপ্রবনো? ইখাখিগী লোত্তিনবা মতৌ অদুদা করুকপা। কমান মাগী এগী কায়-ননবা অয়োলবা লাং থাক্তুনা, নত্রগা মাগী মকমদগী কুরুপা অচেৎ অকোয়দা মুখোংচাবা লৌথখুনা এদু ইথোয়কপনো?" মতম্ অমদা

খল্লুই মাগা ঐগা লৈনরিবা মরী অসি কল্লে হায়না। অদুবু ইবানিগী চৎথনরিবা মওং মতৌ অদুনদি পংকল কল্লে হায়বগী খুদম্ ইরৈ লৈতে। মখোয়গী লৈরিবা য়ুম অদুমু সড়ক্ ময়ানকপদু নত্তে। মুমিং-দাংয়াইরমগী হয়া চাবা চৎপদা য়াগী শাবমক কংজেবদু শক শক উঙ্ঙুনা খঙ্গোয় কাথবা য়াবা মিৎয়েং অমমম্তং কংনরবদু মকপদবা। অদুমু নত্তে, থা অমগী মপুংদা অমুক্ অনিমক্ সজ্জা উরবনদি মুংশিনয়বা শাবি শানৌশিংগী অপেনবা নত্তে। খণ্ডজে 'পৈন ফ্রেনড' হায়বদু ময়ায়বনি। মীনদি পঙহায় মহায়নৈ মুপীনবু য়ারবদি উচি মথুলদদু খোয়কই হায়না। অদুবু ঐঙোন্দ য়ারকলিবী মহাক্তি উচি মথুলদদি লায়থঙ্ঙুনা হাঙ্গেনা লৈরবা খোংজাঙদ কাওবা খোয়ক্তে—লাওমম্লুনা তৌরিমাগে। অদুনদি মানা ঐবু থনমলিবা মওং, অদু অপঙ্বা থিদুনা, অশোয়বা ভাগনবা পংথম্ থমমুব জাংলা খণ্ডজে। মচুমক্তনা তমচাক্তমব থুম্মোয়না মদু কংনা ইরুমে 'পঙতোয় তোয়না উরমগবু কশি কাননগবনো, নথম্মোয় ইথম্মোয় খঙনরগা লোইরে; মীগী মমাঙদা অতাক্ মকোংনবমথৈ পঙউনদ উরবা অদু ঐদি পামজদে। পামজদবদা লঙনা ইকদু ইকাইরৈজে। ঐনা খঙ্গবদদি মম্মোয়গী মমীন মুংশিবনি, শক্তি মমীন অপাম্বনি।' হেক্ মহায়রকই। মাগী মদু পাক্রগা মানা চুমবোই হেক মথল্লি। অদুগা মানা ঐগা মশি লৈনৈ হায়বদা অদুক্ মুংঙাইব পোক্তুনা মীঙোন্দ য়াগী পঙণা শাদোকপা অমদি মদুদা হয়াঙ-জরিবা অহদি কশিগীনো? ওম্মোকপা লৈমা শাযংবিনিদা, মমাগী য়ে লু-য়বদি চাওথ্রবা সনানিদা—নয়লিংহ মাগী লৈমদি মখোয় য়েংনরিরৈঙদা খুদু কাই হায়রৈ ঐগী লৈমদি কাবৌঙা কাওবা ক্লাদে। তৌববুদি মীঙোন্দ লীথোক তমখোকলিবা অহক্তি মতিক মুংঙাইরিবনি মুংশি মাগী মপাঙবুদি। ঐনা ঐদি লাইরবা মীনি পেমা, নঙবু য়াথল থলহৌ ফুংদা নিংঙমহৌমোই হায়না হায়রুবদু—মুংশি মাগী মকমদদি লৈত্ত লাইয় হায়বগে লমমাইদা হৌবা তিংখৌনি, পাবকবা মাগী মকমবদি ওক্লবক

হুকলকপা কুণ্ড পয়েং তমখিরবা লিনগী মশক্তি' হেম মহায়রকই। খঙজে হায়দোক ইথৌরকপদদি ওংস্কার কখত্রে। মেস্ট্রিক মৈতৈরোল নম্বর য়াম্ন রংনা কংলকঅমগনি। অদুবু হৌজিক্তি খঙলকলে মানা করমলিবসি চিনবানখোংগী সাহিত্য অমদি শৌজেংদগী খোরকপা লুংশি ব্যাকরনচুত্তনি। থাম্মোয়লুংগী সাহিত্যস্থ ময়েক 'শংলখজে থম্মোয়লুংগী লুংশি ব্যাকরণস্থ একসেপসন লৈরমলে।

অদুব্ন মরম গুকৃখণ্ড্ খঙহন্দনা মানা ঐগী খোঙ থিংখিবদগী চঙলুদবনা মাবু কাওননবা অঙম্ব শক্তি হোৎনহুনা লৈরক্রবনি। রান রান চৈয়াওবা কয়া লানখিবদগী খর খর কাওরকুলবনি। লম্ অদোমদা অমুক্ চঙলয়োই খলঙ্গবনি পুক্নিদা।

অহুম্ অহুম্ ওইনমক্ হন্দক্ মরক্ অসিদি ইনৌ নৌবা ঈহো অমনা থম্মোয়দা তংতনা চৈনা পীরম্নি। বিশ্বামিত্র মুনিগী তপস্যানা হেনমনগ্রহুনা খক্ত লৈবা লাই শোয়ায়েম্না কিয়ক্লহুনা বিশ্বামিত্রগী ধ্যান থুগাইনবা অপশরাগী রুপ্তা মেনকাবু থারক্কুনা বিশ্বামিত্রগী ধ্যান থুগাইখিবগুম্ ঐগী থম্মোয়গী হোংলুরবা রাখল অমদি কক্লবা থম্মোয়বু পেৎলবা লৈখোমগুম্ খোৎহন্নরিবী মেনকা মাগী—রাখলদা ঐবু পুমঙাও ঙাওহল্লে। মাবু লুংতিগী মিৎ অসি পেম্ন য়েংজবা অসিমক্ ঐগী পুন্সি ওইরবোই খল্লকলে। মহাকী মশক্তবু লুংতিগী উনিংখগুম্ব অমা কাওরকলে। অহাওবনি হায়হুনস্থ ঙাখোংবা লুতিগী চারবদি চানিংলক্কে। চিলহাও থিরকই। অদুবু লুংতিগী উনিংবা—উরিমথৈথ পেল্লবদি লুংশিক্ষুবি মাগী মাইখোংতবুনি হায়নিংই। ঐগী চঙলয়োই হায়না খল্লুরবা লম্ অদোমদা ইবেন্ম মেনকাদা থম্মোয়গী অরাবা পুক্সমক্ অসি লৌরগা অরাবা পোখাকম ওইরসিয়া? অদুবু ঐগী থম্মোয়গী অরাবা পোখাকম অসিদি মানা ওইরকলি হায়বসি ইবেন্ম মাস্থু খঙ-বিরম্মগত্রা।। লাই শোয়ায়েম্না বিশ্বামিত্রগী মাক্ত থারকখিবি মেনকা অদুনবু ঐগী ইনাক্তা তংতনা পোখামরিবী, ঐগী থম্মোয়বু মহী

চেলহল্লবিবী মেনকা অসিদগী হেন হৈশিংলমগদ্রা নত্রগা হেন কন্ন-রমগদ্রা? ঐ সুকথা থাজদে শাথেক্ত শাবান্দা, মাঙাংদা, শাঙাংদা বিথামিত্রগী মেনকাদগী ঐগী মেনকানা শোয়দনা হেল্লমগনি।

রাখল অসি থন থন চৌক্রিদা ভাদুনা মিৎ উইশিন্নুনা কমলিঠেন্না ইবেম্মা মেনকা চঙলকপগী মখোল তাবে। ইবেম্মা মেনকানা হেক্ চঙলকপদি হজোইরদুনা থোঙজিন্দগী হায়রকই—"কমিনো কপলিত্রা ভুমলিত্রা তৌবিবদুবো ওঝা, মিৎ না চেঞ্জেৎ উইশিল্লদুনা। থবক্তি ইও ওদনা ওবহেক্ মালহল্লদুনা?"

"অহোয়, থবেক্তাং তৌবদা মঙদা ইবেম্মনা কিয় ওবদা নামন-গ্রদুনা কপলথলিবনি। মিৎ পাঙথোরকপদা ইবেম্ম মেনকা লাক-পিরমগ্রদুনা চিন্তা তৌজরমলিবা।"

"হৈবা অদুক্ ভাইওমদবা?"

"ইবেম্মনদি থঙবিত্রবা ঐতোন্দদি লাইনানে।"

"ও! অদু ওইরবদি ডাক্তর কৌরগা ভাইঙমবা হিদাক্ন্ থোক্ত অমত্তং কাপশিল্লগ মরাইন কল্লমনিদনা।"

"ইবেম্মা থম্মোয়গী লাইনানি; অাইগী ডাক্তর, লাইওং থঙত্রগা থঙদে হায়নিংদবা কাংবু অসিনদি য়েংবা ওমলমোই।"

"ও! থম্মোয়গী লাইনা ওইরগা হার্ট ট্রান্সপ্লান্ট তৌবা ওব ডাক্তর অমা কৌরগা লোইমেদনা।"

"অতোয় থম্মোয় অমনা কনাদগী লৌবিগদবা।"

"হৈথা অদুক্ লায়বদুবো, পীথোকলগা লোইমেদনা। অদুগী-দমক্তদি রাবিকদু, ঐ লৈজরিএ।"

"ইবেম্ম মেনকাবুনি ঐনা কিজরিবদি।"

"কিবিকদু চেনজমোইএ, অদোমদা চেনবিগদু। কমে ... ...। রা অমা হৃৎপেনা?"... ইবেম্ম মেনকানা মায় তথ্ব লোয় সুংশিনা কয় য়েংলবদু পান্সুব মায় ঐতোন্দা য়েংলগা হায়রকলমই।

"করিগুম্বা ?"

"করিনীনো ঐহ্রু মেনকা মেনকা কৌনিরিবসিবো, ঐগী মিংদি মেনকা কৌবেনা ?"

"মেনকাসুক্ত কৈজে হায়দুনা কৌজরবনি মাকৌরবনে।"

"অনোম, ব্যবহার তৌ জন্নি ও।"

"অমামগীনা স্মাজোঙ্গী, ঐগীনা মেনকা। শক কনবী স্মাতোঙ্গীনা অমামগী ; ঐগী শম্পোয়মন তাক্কা মিংগোনা মেনকা। শাওগু শাওগ্র কৈকনো ?"

"ঐহ্রু শক কৈজে হায়রবদি কনানা হায়রিবা ?" — মেনকানা মাখু থাদোংপনুদনা ঈকায়রনা থাজবা ওইবা মাগী মচু শাওলনা। খুজিল অরুদনা মেংনে মেংনে হায়রকলাকই।

"ও। শক কৈজে হায়রবস্নু মাগকদি কনেনে ; ঈকেম্বা কোনো ?"

"তোরো থইরবস্নু নবেম ; অতোমনে, অনোম ... ... ... মচি নিপা অশিমা মাগী মনাক্তা কুইনা কপ্পা মাব অাংলবে ..." হায়রগা চংতি চংনিংদনা হৌশংজুনা চংকে তৌরমই। ঐনা মাগী মথুংদা তাপ লাওবা কাপ্পনা থাদনমই। মা ঈভক ভকলমই। ঐনা মথুংদা পায়না অদুকা শৌবিং শৌবিং লাওবগুম্ কৌই — মাওশাগী থাবলমক্তি লত্তবনিবা। ইনাক্ত মী লৈতবা চিকলপ্ তৌবা কাদিনা অইকগী থোইদোক চিংনমিংতাই লৈতে। সরকারগী অফিসস্নুলক্তে। অমাইগী তোলুক্টারি ওর্গেনাইজেশন অমগী অফিসনি। ঐনা তৌরিবস্নু একাউন্টেন্ট কম্ থিওরি ইন্সট্রাক্টরনি। মেনকা মাগা ট্রেনিংনি অমাদি। অমাম ট্রেনি ঐগী ইনাক্ত লেন লৌবা অমদি মা তাবরা ইত্তং তংতনা চঙ্গকপনা থোইদোক চিংনমিংতাই লৈতে। নংকলরকপনা সরকারগী অফিস শুটয়মলবদি অবোনবা। মিঃ অমইং মিঃ মাওবরনা অফিসার অচৌবদা শাওগ য়োম্বদি চৌকপা চংশা শোয়মরবনি। ঐনা মাগী থুজোং পায়কপদা শাওনা মাঙি শাওদনা মেংনকপা মিথুং অদুনি

ঐনা থাকম্ খঙজিবসে। পাতক্ তৌববা মিৎপান অহনা অহক্ শুংশিনা য়েংলবদি ঐদি করি ঙউগনি? মাদি মহ খঙলমলোইজ্রা? মচিন-বান্দগী করিগুম্বা অমত্ত খোয়ক্কে, ইত্তে ত্তেথবা ইমুল মুস্নবঙম ত্তৌই। অহুব্ মযোল খোজ্ঞবী মাগী মিৎকা পাওথুম্ পীরক্সবা ঐগী মিৎকা অনিনা শানখিবা ঙাঙনখিবা মমাম্ অহদি থম্মোয় থম্মোয়তনা খঙনৈ। হুম্নিবা মিহুল্তনা শাক্কিনি। আকিসনি হায়বা কাওব্ কাওরুয়ে। করিগীম্মু কাওদনি। ইবেন্ম মেনকাগী শুংশি মিৎয়েং অহগী মমাংদদি আকিসত্ত নত্তে, মহ হেক্ লোইবগা ঈথায় অসি লৌমগনি হায়র কাওবদা মহ কাওবগী য়া লৈ। ঐনা চৎপ য়াম্রি হায়না থাম্লবা অহদদি মহাকম্ভ অমুক্ কম্থরকলে। মানা ঐগী, মমাং ওন্দুনা কম-লিবা টেবল অহুগী য়াংমদা মখা ওন্দুনা কমলমই। ঐনা মাগী অমোলবা খুৎশাশিং অহ টেবল অহগী মখাদা, মী উখিনি হায়বগী অকিবা লৈতনা শুংঙাইনা নোইহনা শাম্নমই। মথুৎ অনিমক্ ঐনা কাজিন্দুনা খমলবহুদা চুম কথ য়াক্রহনা মানা মচুবানা ঐগী টেবল্ মথক্ক লৈরিবা চেবুল অহদা ঙাথোই চেম্নোই তৌরগা ঐঙোনলোমদা ঙনশিন্দুনা য়াম পৎথরবা মিৎয়েংনা ঐবু মমিৎকা কুপ্তনা য়েংহনা লৈরম্ই। করিগীনো খঙদে মা মমিৎকা কুপথিজে। ঐম্ম মানা পাঙদে হায়খিনি থম্মুত্রা কৈনো মিৎকা কুপ্তনা মাগী কজবা মকম্ থদিঙদা য়েংহনা লৈয়ে। ঐন য়াগী খাইদগী পেজ্রিবদি মাগী পোমলি পোমলি ত্তৌরবা, ঙাংলৈননা শাৎলবা কবিরৈ অঙাংবনা কেন্নমদাই য়ৌরহনা মচু হাইথরক্রবা, অঙাংবম্ম নত্রবা অঙৌবম্ম নত্রবা মরক শরক্তী লৈঙাং মচু মাল্লপ ত্তৌরবা মচিনথাল অহনি। ঙাইহাক মিৎকা কুপ্মদনা য়েংনমবদা মানা নোকমি নোকমি ত্তৌরকলমই। মাগী মমিৎনা নোকপী মীনোক অহনি ঐগী থম্মোয়না থাংঙমজিবা। থম্মোয়দা তিঙ্ তিঙ্ পানবা মিৎয়েং অমনা য়েংলগা চিনথানদত্ত পোমলি পোমলি নোকপা নত্তনা মিৎথৈদম্ম, য়াশি হায়গী মীনোক অমগা

কোমনা নোকলগা হায়রকললমই —"নখোয় নিপা হায়বা জাৎ অমে থম্থোক্ক কংখিব্রেপ"

ঐমা মাগী পেন্নাউব্রবা মিওকম্ অমদি মাইথোং অন্নুবা য়েংলগ কা কোমল্লুবদি মকমনা ওঅক্রবনা ইথক্ত খোউদো শাওগৎলা অমগ লোইনমা খুমলমই—"করি তৌরে ইবেম্ম নিপানা নখোয়গা চৌক্লত্র ?"

"করিম্ম তৌদে কৎপু থম্থোক্ক কম্ভে হায়বা।"

"নখোয় মুপীদি কৈ হায়না খনব্রা ?"

"কত্তু্বস্ত নখোয়দগীদি কেঞ্জ কৈ।"

"নিপানা কার তৌরম্মবা নখোক্ত, থাদোকপীরম্বকা থাওয়ব্রো ?"

"অপওবিশংবু মোইথেম তৌদ্রনা মুংশিহন্নগা লমথাংদা কেঞ্জ থাদোকপীরমই।"

"নখোয়দি মীনা মুংশিবিম্ম হাবরগা করিগী মুংশিশব্রুব্রি ? মুংশিগনবা থম্মোয়দি তংতনা নিংবা কারগনি হায়র্কাস নখোয় মুপীশিংদি থওব্রা ?"

"ঐখোয়দি নখোয়দোনা পুক্ কত্তবদি নত্তে অমুনা থওদে।"

"ঐম্ম ঐনা খেংনবা কন য়াখে মুপীনা নিপাবু লোনম তৌরম্মগা লমথাংদ হনদোকলমলগা চৎখিবা। নখোয়দি করিগী থাদোকপিরক্রি ?

"মুপী অমনা চৎপ লীচৎ অহু মুপী খুদিঙমক্কীদি নত্তেদ্রা ?"

"অম্বাদ নিপা অমনা চৎলা মাংলং অম্বু নিপা খুদিঙমকিনি হায়বদি কমদোনা হায়দোখিবা ?"

"সে কায়দেম্মে মীগী রা ঙাংকহনা নওম্ম অত্তুমা ওৎলমলবা মী অমা শুইক্লিমিনে ?"

"নওবু মোইথেম তৌরম্মগা থাদোকপিরক মী অচুম্বি কদাই চৎখ্রবা ?"

"করি তৌনগনে অম্বু হংলগা ? অমা পিরক্কা থমক তৌখে। ... ... পাওকা অমক্ত থানজবনে কৈনো।"

"মেনকা নঙগী পাও অমত্ত থানজে হায়রসিদি হৌদোংনা শাংঙা চাজদবা মতম কুইজরেকাইনা শিখশমবত্থ মানপ্রেদা।"

"মাল্লমগানি নংগু য়ায় থাজগদ্দবা মীনি হায়রসে ঐস্থ খঙই। অহবু মপুন্নিদা ওইদবদা ঙাওহনা লাকপা মীদি মীনা হায়রিবা পুথবা মাওয়া ওইদব হাক্ত ঙাংলমগানি খন্দুনা কনা অমত্তবুস্থ থাজবা ওমদে হায়রনি। থাজমন্দ্ৰবদগী খঙনা খোইবীবু চাংয়েংবদা মথায় লানখি হায়রনিকো।"

"নঙ্‌নু খোইবী ওইরমলবদি ঐস্থ চাং য়েংনিংলমগনি।"

"করম্ব চাং য়েংনিংলমগনি য়েংঙ্গলা, য়েংবু য়েংমন্দ্রেনে।"

"নঙ্‌সে করম্বা মীতানো নিপানা অস্থক্ তায়গনবসিবো হায়হনা নশাদা মেগনেটকী শক্তি লৈরবা য়েংলমগনি।"

"মীদবু মেগনেট য়াওনৈ হায়ত্ৰনে চয়োদা। কনা কনাগুম্বদকা লৈরম্বা য়াওনয়ত্রা? করম্বা মকমদা য়াওৗনে হায়রগে?"

"য়াওনৈ মকম তাকপা য়াদে

মাস্থ জ্ঞান তাবা মাল্লি। ঐস্থ খোইদোক্না তাক্লিংদে। মানা অস্থম্ কমলগা মথুৎ মশা খেক্লহনা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা নোকমি নোকায় 'ঐ ইকায়রিব্রে' হায়রা মতাগুম লৈরম্বদগী ঐনস্থ মিৎকা কুপ্তনা মাগী মচিনবান্দ য়েংহনা লৈবত্থদা খস্থকরগা ইকায়বোই করি-বোক্ত তৌহনা অমুক হায়রকই— "হায়রোবা, কদাইদা লৈনৈ হায়রগে?"

"সে তল্লিসে খিৎ কেথরক্লহসে; নখোয়গী কেথবীসিনবু"—ঐনা লৈক্ষে ঙ্ময়োমদা শাওহয়রা পুথোকলমই।

"সিবু কেম্রিব্রনে হৈয়েহে ই— ই— মানা হেক্‌ ··· ···।" — মানা ইকাইরপ তৌনা ঐগী টেবলদা থমলিবা থুৎকি কলম অস্থ পায়হনা শাওরি শাওরি ইকায়রা থাঙলমই।

× × × ×

মঙ্গল্ হায়ন খঙনরবী, বিশ্বামিত্র কয়াগী ধ্যান থুগাইক্লরবি মেনকানি হায়রকই কনাগুম্বনা। ঐদি নোনা ধ্যান তৌখৎলকপদা

থাইজরিবা চৎনরোল ওজরিবা বিদ্যার্থিশিংনি। তিংশিনবগী শক্তি রাং-লিবনি। অহুনা ঐগী নাক্ত পোত্থাজরিবী ঐগী ব্যাগ থুগাইবিরিবি মেনকা, তশ্ব কনাগী মমাংদা লৈন জগোই শাবদা অশোয়বা তাল য়াওরকহুনা ঐগী নাক্ত শাপ ত্তৌহুনা থারকপনো থওদে। মীন হায়নবা কয়া অশ্ব তাবগদি চিংনবা ওথদে। অহেবু চিংনবন্থ কোক্-কেদি হোৎনরক্লে। লৈকাইগী কৌওখোল তারগা থুবাক কুয়োল হুনবা কয়া হৈনদে।

নোংমা ঐখোয় অনি লমকেলদা Employment exchange office তা মিং চনবা চৎমিন্নরমই। লমথাং চৎন চৎন ঐনা হংলমই—"মেনকা ঐদি নওগী থশ্বোয় অগৈ অমুক্ত চওহনা য়েংনিইএ।"

"করিগীনো? ঐগী থশ্বোয়না মওডোঙ্গা চীকুলরক্রা?"

"হা চীক্রবগী রা নত্তে। মীগী মচা মথক্ মত্তৌ চওখোত্রবা মওল লৈয় লৈরবা কয়ানা নওবু অকা অকুম্ থোগাল্ ত্তৌরিদো। মহুদা ঐখোয়গুম্বা উ লৈতবা লমদা কেগেনা করি কান্নদোয়িবনো থন্নুবদা হায়কেং ওকউবনিমা।"

"থওদ্রেনে, থনগদবা মীনা থত্রহুনা থদ্রোইদবা মীনা পাংথন থম্নবসিদা ঐখোয়শু। ঐনা থম্নবদি অদোমগী কেগে বাবুবু উ লৈতবা লমদা শিজিন্নবা থম্বা ফরবা জর্মনিগী ইস্পাটনা হৈরবা য়ুবিওম্ থজক্লিএ।"

"অহুগা ঐগী হকচাংগী করম্বা শক্তকপুনো নওনা থিত্তাকরিবনো?"

মহাক হায়কেং ওকই, করম্ব য়াহংনো থন্নুখোলে। ঐস্তু হংগে হায়হুনা হংবনি।

"করম্বা মকমদা মিত্তাক্লবনো নত্রগা কঙৈ হায়না থন্নুমিবনো হায়বহুদি ঐস্তু থওরে। মরমদি ঐস্তু ইমিং অসিনা নওহাক্তী মাইকোং অহুদা অমুক্তা পেন্ন পুংয়ান ওইন য়েংজবা ওথবিরে। মাহাক ইমাংদ হেনগৎহুনা চৎশগদনি ফুংলোমদা পেন্ন ফেংজহৌমিবা।"

"মতুদনিনে ঐনা তাংকি মপুংশিনি হায়রিবসে, নখোয় লুপীশিংগী চিনবালখোংগী লুংশিবা অসিদি অয়ুক্কি নোংহৌগুমই। মতৌদি লুংদ লুংশিনবা হেক্ মাল্লদনা।"

করেনে, থাজগন্দবা মীদা থাজনবা ঙাঙবা এগী ইতিক নত্তে। নতাকী য়াহং অয়ুমকম্ লো লৈবা য়াহং অমা ওইনা তৌই। অদুগা নখোয় নিপা ওইবশিংগী পূকচেলদি অতিয়াদ পাইব লৈচলনা পাতক পাইরুবা মাইকৈদা মিকুপ য়াংলেন্ খুদিঙগী তত্তনা মচু ওনবগুম্ নখোয়গী অয়েম্পা নাইদে। চিনবালখোংগী শেম্ শাবব য়াহৈ কয়ানা মোইথেম্ লাংথাক্ তৌহনা পঙলবি লুপীমচাশিংবু থুহনগদবগী হোৎনৈ ঐগীবুদি তাংকি মচুংশি ওইজরগে। অদোমগী বিশ্বামিত্র বাবুগী হৌজিক্ কলেজদা তমলি হায়রিবী অদুনবু অদোমবু কয়ম্বা মপুংশদ লুংশি হায়গে অমদি কদাইদ মকমদা মিতাই হাবগে?"

মাগু ইকায়রপ, মমাই ঙাংলপ তৌরকলে। ঐসু খজিক্কং থেমলপ য়াকম্ অমতংগা মঙোন্দা খঙহল্লিংই—"মহাগী য়া অদু তৌরুসি, গ্রহ অমগী চিংশিনবা ওম্বা শক্তিগী য়াংমা লাম্হোক্তুনা চৎপ্রবা পোৎতুদি অতোপ্পা হেন্না নকপা গ্রহ অমগী অকোয়বদা শোয়দনা লৈয়রুনা লৈ হায়বগুম্ ঐগী থম্মোয়গী চিংশিনবা ওম্বা শক্তিদগী য়াংমা লাম্হোক্তুনা চৎপ্রবা মাগী থম্মোয়সু মাঙান্দ হেন নকপা অতোপ্পা থম্মোয় অমগী অকোয়বদা শোয়দনা লৈয়রুনা লৈরমলগনি। মহাক্কী ঐগী ওবিত্তগী লাম্হোক্তুনা পাইপ্রবী, মমাই চুমশিল্লকবা খুলাই য়াওখিজবী সেটি-লাইটনি। ঐগী থম্মোয়না মাগী থম্মোয়বু ঊরগে হায়রবদি লাইট ইয়ার কয়া কয়া চঙবা তাই। অদুনদি ঐগী পুন্সি কয়াদা মাবু অমুক্ থেংনবগী ভাব লৈত্রে। অদুনা মাগী আশাদি মশানা থাদোকপা তারবনি। অদুবু খল্লুহনা কায়থে হায়না খন্বা পোৎ খুদিঙমক্পু ঐখোয়না খন্দবা ওম্লবদি ঐখোয়গী অয়াবা লৈরমলোই। মতম খুদিঙদা লুংঙাইবতগা য়াওরহনা লৈরমগনি। অদুনা মাগী

মিংশিং রাখলন্না ঐগী খঙোয়গী তাকপা তহতন। হৈরৈ। তংতনা অরাবা প'রৈ। মতম্‌ অছ য়োরক্লবাদ ঐ অপুনবা অমনা পুবগুম্‌ উংহ্ননা লৈখোকই মীপুম্‌ ফ'দতনা ঐবু রাখলত খঙ্গুনা লৈ হায়দৈ। ঐ পুম্নমক্‌ খঙই, পুম্নমক তাই। অহুবু মাগী রাখলদগী মথাই লৈখোক্কে হায়বসে ঐগী রাখলদা য়ানা খোকই। মমিনি ঐগী মীয়ামগা মায়াক্লবসি। তশেংবমক নীঙথকায়বনা মতোম্লক্লবদি মী অসি মীগী শাজংতগী তোপ্‌ তোম্না অকবদয়া কত্তবদয়া অমা তৌরকই। মহৌমক্তনা মীয়াম তিগয়কপদা অমগুম্বা মীতা অসি খঙোকপা ঙাই। অদুনা ঐবুশু মী অতৈনা খন্দোকপা শঙবা রাগমলোই। ঐশু মীবা ওঙ্‌গৈ হায়বহুসু অহনবিনি। নত্তনা ঐবু মত্তমহৈদাব খিখিক্ত রাখলদ খঙ্গুনা লৈ হায়খিবহুসু অঙুননি।"

ঐগী রাইহেশিং অছ মা করা পেন্দে। শৈনকয়সু খোক্তে। খঙন চাওবসি পুম্নীনা থম্ন মহেন্নি। অদুনা ঐগী ইভিন্দাগী মাবু ঘুংশিনবী রারী রাতায় নত্তনা অতোপ্পা কাওতমদবী পুপী অমগী রারী মতোম্দা। লীবদা মানা তাবদা সুংভাইকম্‌ খোক্তে। অদুগা ঐদি পুণীমচাশিং'দা খোংনা নৌনা ভাঙবগি হৈসু হৈতে খঙ্কয়গসু য়াম্না তুনি।

"অদুগা অমুক্‌ কাওতমজবী পুমিতা মহাক্‌ অমুক্‌ পুনিরবা তৌরসিদনা। ঐশু য়াঙনা মতোম্দা হাকজগে। মানা ঠৈগোকলিবহুদ নঙনা মাবু অহুক্‌ ঘুংশিন্নমগনি হায়না থাজদহনা তৌবা ওইরমখিনি।"

"মহাদি ঐগী পুন্নি অসিদদি ওইরমগে। মতোম্দা অমুক্‌ হায়জবগী মতম হেনখ্রে। ঐদি কনাগুবী অমত্তগী মাইখোংসু হেন য়েংজরমোই খল্লুম্নমিনি।

"হায়বাদি হৌজিকসু য়েংবিরমোই নত্রা?"

"খল্লুরে। অহবু ইকায় থঙজবি অমা অমুক্‌ লেপ্পহনা হৌজিক্তি লেঙবা য়ারেম্বইদোরে। ঐগী য়োংকুমখ্রবা খঙোম্বগী অদে ইকাই খঙজবী অহুগী খঙোম্না য়োংচাবীনা য়োং চিংশিন্নকুম চিংশিন্নখ্রে।"

"ইকায় খঙদবী অহুনা হংজরিমালে— কয়াম্ থুইনা ঙাইখো হায়রিবনো হায়না। কয়ম কান্দা ইকাইখঙদবী অহুবু য়ুমদা পুশিন-বিগদগে হংজরকই।"—ঐগী তুফুংবী য়াহংনি মাগীসি। ঐনা থেংনরকপা য়াহংদা মসিনা মঙ্গরে। য়াহং অসিগী পাওথুম থুমগদগী শরুক লোক্তাক থাদখিবা মমৈদা 'ক' হকপা শরেং অমা কারকউ হায়বদা অহু খিহুনা কারকপনা খয় লায়গজ্ঞা খল্লি। অহুবু উপায় লৈতে।

"নঙ্গয়বদি খয় হায়রিখো মাবু চাদনা হিংবা ঙম্মবা উপাই চিনকা পুরক্না হায়হনা। অহুগা ঐখোয় য়ুমদা লাকলগে হায়না খল্লবদি লোংন ফুদিং ফুন চুপ্রবা অহিংদা মখোয়গী মমাঙগী লৈমক্তা পুংজেং মথক্ত কি থাদনা হিপ্পদা পুংঙাইব ঙব practice অমুক্ত তৌবিখো হায়রিয়ু।"

"Practice অহু কোচ য়াঙজ্রবদি য়াদে। অহুনা কোচকা ট্রেনিপা পুবা ট্রেনিং তৌমিন্নরবদি থুনা ষ্টেওর লৈবা হেনগনি অমুক্ত হায়রিয়ু।"

"ষ্টেওর লৈব খঙদে লৈতবা খঙদে ইবেম্ম, ইকায় খঙদবী অহুনা ঐগী পুক্নিনি। মহাক্না ঐগী মঙ্গী অরোইবিনি। মহাক্তবু নঙনা কনাঙবী অমত্তবু হেন পুংশিরুনবা ঐগী থম্মোয়দা শক্তি লৈত্রে। ঐগী থম্মোয়গী, মীবু ঐগী ওইনা পুংশিবা ঙবগী শক্তি অহু ইকায়-খঙজবী মানা লোইনা চিংখোকথ্রে হায়রিয়ু।"

তশেংনমক্তি অরোইবগী য়াকম অসিদি ইবেম্ম মেনকাদা নঙনা থুনা য়াশি লৈরবী, মহাকথকী থম্মোয় লাইমল ওইরিবী ইবেম্মা অুনিতাদা হায়নিংঙবনি। চিন্দা লৈরম্বহু মীশক্ ঙম্মনা হায়দোকপ্রবনি।

খয় লৈরগা মেনকা ট্রেনিং অহুগী মরক্তী পরীক্ষা পীরমলগা মশা ঙমদে হায়হুনা ছুটি লোৎথ্রে। অহুবু মানা হায়রম্বা, 'ঐনা ছুটিদা লৈঙ্গিদৈদা নঙ ঙাওরম্লগনুকো, ছুটিদা লৈজথ্রবম্ব নঙগী মশক্ উদনা লৈবা ঙমলোই। তংঙনা ঐগী মিৎত নঙগী পুংশিজরব। শক্তম্ অহু

।হনবিয়ুকো' হায়রবা রাকম অদু নিংশিং নিংশিং মুংশিরকই। মশানা তোপ্তুনা ওমদবা নত্তমালে থন্দুনা মরক মরক্তম্ম মচংলুই।

হয়েংদি অমুক্ কারক্লাসি হায়বগী ওসিগুম্বচুনি। ঐ মখোয়য়োমদা অশুম্ চংখোকলুই। মখোয় অমা অনি পোংকমদা পোং চাঙ্গুনা লৈরমই। হায়কেং নোঙ্গয়গা রাষ্ট্রীমক্তি শারমদনা অদুম হল্লকলে। মখোয়য়োমদগী হায়গংলকপদা নির্মলা থেংনৈ। মতম কুইন লোন্দির্ম-রকলবা মরুপনি। কোইনদবগী হৌনবা ইশা ইশাগী রারী শানরমই। রারী মথন্ত মথন্ত হৌদোক্লরকপদগী নির্মলানা হংওকই— "নখোয়গীদা ট্রেনিং য়াওরিবী স্নাতোম্বী থওইনিনা?"

"থওই কৈদৌরে?"

"শগোলশেল ছুমিং কাওবগী মপুংদা মাগী পাও হুমা তাগনি।"

"করি পাওনো, ঐখোয়না থওবা য়াদবা জাংলা?

"মরাইন তাজরনিদা।"

"মখোয়গী ওঝাশিংগী মপুংদা মাগী মী অমম্ম লৈমালোনা?"

"অদুকাওবদি থওদ্রে. লৈকা হায়নব্রা?"

"লৈ হায়য়ে, মাম্ম চোম্ম য়াওরনিদো।"

বাজার য়েৌরবদা কায়নরে।

নোংঙাল্লে। ট্রেনিং স্কুল য়ৌরে। মেনকা কারকলম্লে। ওয়াং নির্মলানা হায়বহু করি ওইরিদনো চিংনৈ। মাগী রাভাও অদু মেনকাগী অতোপ্পা মী অমম্ম লৈন তৌই। চোম্ম য়াবা থৌথোক্ অমম্ম থোক্ত-দৌরে হায়বা থওলে। রাখল থম থম মেনকানা হু হুক্লুনা য়েংলকপা অমদি ঐগী ইনাক্ত চংনিংবগী মওং অদু উবা ফংই। নির্মলাগী রাইহে অদু নিংশিংলগা ঐগী ইনাক্ত মেনকাবু শগোলশেল কাওবদি চঙলকমথা তাপ্পা পীদবনা করে থল্লহনা পীজ্রে। ঐগী ওক পেয়ডত্তা হোটেলদা চংতুনা কমলে। অদুবু মাগী মিংয়েং নাম্নেং অচনা তাকপদি মা ঐগী ইনাক্ত চংনিংই রারী শানিংই।

ইমাই হুমিংলি। ট্রেনিং স্কুল য়োরে। হেক্ য়োবদা মরাঙ মরাঙ তৌই। মস্নাস্না মরাঙ-মরাঙ তৌরিবহু ঐস্নু ভাবাত তারবনি। মরাম্ন ঐবুত য়েংনৈ। ঐস্নু লাকপগী এটেন্ডেন্স রেজিষ্টারদা সোই তে'গ্নগা থোরকপদা মনিতোম্বীনা হায়রকই—'ওঝা দশা কোক্রে হায়ন? করেদা ঐখোয়দি পাখংনরুরবনি কান্নদবদা।"

"করি দশানোনে মনি, ঐবু নঙগী রা অহুগী অর্থ খঙজেনে?" মনিতোম্বীসু ঐগী কাদা চঙলক্‌না হমলরে।

"আই তাজিব্রো ওঝা?"

"করিনোনে?— ঐনা ইখঙ্ খঙশিনরমদে, ঐস্নু ভাবতদি ওই-রমগনি খনবনি।"

"ওঝাখোয়গী স্নাতোম্বী চেনখ্রেয়ে তাবিজিবোয়ে?"

"ঐদি তাজিনা করেদা মহুদা থোক্লোইজা হায়রুনা রাকখবনি। করি লমদনেগে?"

"খঙদে করি লম্দ ওইরিদনো। ওঝাদি ওইরমালে। অহল্ লমমা পীবদা মশানস্নু য়াব ওইরম্নালে। মহুমক্ নংলমজ্রবদি ফন রাননি। অহবু দোযা কোক্পগী হায়রুরবদি চাহম্ কোংব য়াবনি।"

"চাবুদি লৈথোকসি ঙাইদনা মনি, অহদ ঐনা চঙ্লুরিব দযাবু করিনোনে?"

"করে অহগী রাহ তোক্লসি ওঝা, অহগা ওঝা ওঝানা হন্দক্ কংকম্ থোকপা প্রমোশন্ অহু কংহন্দনা ওঝা কৃষ্ণচন্দ্রনা কংখিবহুগী আথ ওঝা খঙবিদেনে?"

"খঙদেবু মনি, ঐদি মকম্ অসিদা কুইনা লৈগে হায়বসে মঙ-দবাও শোয়হুনা মঙদে। মাগী প্রমোশন্‌কা পান্নীব অাং নস্তে, অহুনা থোইনা খিরুদে। নঙ্ন হংলিবগী আর্থনা?"

"অহুগা স্নাতোম্বীগী মরমদস্নু অকুপ্ন অমত্ত খঙবিদেনে?"

"ভশেংনমক্ মহুস্নু খঙদে, মহুদস্নু কয়া কুপ্না খিজিন্নুদে, ইখর

লেংহুনা হায়রবদা নম্ অনি অসিগী মরমদা ঐ থোইদোক্না উট্রেই হৌরন্দে।"

"ও! ওয়াদি ওথোক্লা ঙুংজাইনা লৌখিরম্মি।"

"অহ্ স্নাত্তোত্থী কৈকৌট হায়বা?"

"ঐনা হায়জরিবসে স্নাত্তোত্থীবু য়েংশিন্নুনা মত্রগা কনজ্জুনা হায়জবা নত্তে। ওয়াত্রু থুংশিজহুনা হায়জবনি। ওয়াদি লোইন খঙ-জমগদবা মাল্লুবা।"

"অহ্ কৈদৌরবগে? কয়েংখে।"

"স্নাত্তোত্থীসি ওয়াথোইগী আফিসার মকোক, ঐখোয়গীসু ওয়া মকোক সোনামমিনা ময়ুমদা পুশিন্দুনা লৌদে হায়বত্তনি। ইপান্ পাম্হনা লৈবনি। অহুনা এনা হন্নক্ ওয়াথোমদা জনশিল্লকপা অসিদা ওয়া সোনামমিনা ওয়াবু য়েংশিল্লকপনি; মহুনা মরম তুং-হুনা ওয়ানা হন্নক্ প্রযোগন্ কনবনি। অহুপা স্নাত্তোত্থী অয়োক্পা অমসু ভারকথিপনি। মহাক্কীসি অত্তোপা মী অনি অমসু লৈরিবনি। অত্তে অহুদি ঐমকী ইচিন্মখীদি থোক্কহল্লিংঙে।"

মতম্ অসিদা আফিসার চঙখিবা উরে। মনিত্তোখীসু চৎখ্রে, ঐ ইথক্ত ঙায়হৌরে। কনা অমত্তগী রাম্ম তানিংখিঙ্ঙে। ঐফিং মাওয়িরবী সুপীমচাশিং অহুনা তুমপক্ তুমপক্ তাশিল্লহুনা ঐত্তোনলোমদা কাবক কাবক য়েংলগা রারী শানখিবগু উবগসু ইথক্ত ইকায়খৈ। মত্তোনগী ঐনা আশা য়ায় ভৌই। অহুবু মহ্ন মত্তোন্দাদি হায়দোকখিদে। শুমিৎচুপগী মরৈদ ভৌনহুনা থীন থীন হায়রবীবক্কনা ঐগী ঙুক্তাইজখলি। মহুনা ঐগী পোখাকমল্লি। ঐনা মাবু থুংশিজরবসু মায়ু রায়া থক্তেইদবা মত্তৌ অমা মপাল্থোংদা উৎপহুদা মানা ঐবু য়ায়া চিমখি। অহু লৈবা লাইট শোরারেরা ঐগী উত্তৌ অহ্রপা ঙুংঙাইত্রহনা থেনকাবু পুহনা চৎখ্রে। মশক্ মত্তৌ কজ্জবী সুপীনবু য়ুম পাল্লগে খল্লবদা নিপাগী অরাব লৈব হৌনদে। অমা মজ্জগা অমদি শোইদনা থুকম্ থোকপনি।



## ঈহৌয়কলবা মিৎয়েঙ্গী ওপয়াং

ঐগী খঙ্গোয়দা ঐঙোন্দনঙ খুৎলাইদুনা মচেৎ অমতং কাওরিবত্তু উবিনবা মী অমত্তু লৈখিদ্রে। অদুবু ইনাক্কী মেনকানা কমলগা আহৈরন্ চেয়ার অদুতনদি ঐবু হুংগক্ হুংজাননা য়েংহনা লৈরমই।

খর লৈরগদি তারকলে। ঐগী মেনকাগ মখানা খুজিল ভৌজহনা মীরাই চন্নবা গুবা অমদা পীরখিবনি। মেনকাগী খোইজি খাদা করগা বিশ্বামিত্রগীনো খঙদবা থা অহুমগী হুংশি খুদোল হায়গদ্রা চিংন খুদোল হায়গত্রা অমা য়াওত্রে হায়নরে। মানা হন্দক্ মশা ওস্মুদবত্তু মত্তুননি হায়নরে। মরম্ অদু লৈবনা তুমিন্ন লোইশিন্ন-খিবনি। কদায় কাওবা থাজবা য়াবা ঐ খঙদে। ময়াম হ'য়নরক্-লিবত্তু তারগদি মানা ঐঙোন্দা ইখা থাজদনা নকশিন্নলকলগত্তু অদুগী ওটবা তাই খল্লি। খঙত্রে, ঐ মসিগী মরমদা হুকখন্ খন্নিংজ্রে। খনকমত্তু খোজ্রে। ঐগা মাগা লোন্দিনরকপত্তু থা অহুমতগী রাদি নত্তে। অদুবু ময়ামা দোযা কোকলেরে হায়রিবত্তুনদি মাগী অয়োনবা রাথোক্ অমদি লৈব তাই। অদুবু নোংমা ঐনা মাগী খুবাক্ মঙৗ য়েংখি। মাগী অংানবা পোকদবা অঙাংদি হুপীনি মেনকা মাগী গর্ভদা পোক্লগ-দৌরিবী মরাইবক্ ফরবী নত্রগা খিরবী শকুন্তলা অদুগী অশেংবা মপা বিশ্বামিত্র অদুদি মেনকা [illegible] খঙলমগনি।

উমঃ ঐ নমত্তুনা বিশ্বামিত্র ওটয়মগদৌইদা। করে বিশ্বামিত্রগী পার্টতা ট্রাইএল শেলেক্শন্ কাওবদি কংলুরেদনা। বিশ্বামিত্রগী পার্টতগী হেন্দোক্ক্না কণ্ব মুনি শাবিনব লাক্কহনা পার্ট অনি অদু পুমা শারমদৌইদা। অয়োন্বা পার্ট অদুনচম্ :হেম চাগ্নমহনা মীচাপ্ ইচাগুক্ য়োজ্জনা এমত্ত মহারাজ লাক্পা ওইরগ তারবদি...... ইস। তৌবদি ঐদি মত্তু [illegible] [illegible] নত্রে।

---

ফোথাবিরসি